# ঙসিগী মণিপুর

## ( A Social Play )

(অহানবা শরুক)

অইবা ঃ—

লাইশ্রম শশীকুমার ম্যুরেম্বম




নোংচুপ হারম খোর্জেই লুপ ম্যুরেম্বম

# Ngasigee Manipur

*a social play written by :-* **Shasbikumar,**
Yurembam Awang, Imphal, 1995



অহান্বা ফোঙবা ঃ মে, ১৯৯৫

অফোঙবা ঃ নোংচুপ হারম খোঙ্জে লুপ,
য়ুরেম্বম অৱাং লৈকাই, ইম্ফালগী মাইকৈদগী
শ্রীমতি ফজবী দেবীনা ফোঙজবা ।

কোপী মশীং ঃ ৫৫০/-

মখুম য়েকপা ঃ রাঙ্গোল, তাকয়েল

ফংফম ঃ অইবা, ইম্ফালগী লাইরিক য়োম্বা দুকানশিং
নোহাখোল অফিস য়ুরেম্বম ।

মখুম পুথোকপা ঃ থৌজাল হৈবা প্রেস, তাকয়েল ।

নম্ফম ঃ থৌজাল হৈবা প্রেস,
এনঃ সিঃ রোড, তাকয়েল কোলোম লৈকাই,
ইম্ফাল । ফোন নংঃ ২২৬৪২৬

মমল ঃ লুপা ৩০/-

ঙসিদি ঐগী দ্রামা লাইরিকসি খুনাইসিগী
মীয়ামদা খুদোল তমজরে অদুবু
থৌদোক ব্রাথোক মান্নবনচিংবা
য়াওরম্নবসু পুন্নমক অদু
অইবগী কলপ্নাগী খুদোলনি
পুন্নমক কনা অমত্তগা
মরী লৈনজদে
ব্রারৌবীরোই।

অইবাঃ-

# রাহৈ খরদং

শ্রীশশীকুমারনা ইবা "ঙসিগী মণিপুর" হায়বা লিলাগী লাইরিকসি "নোংচুপ হারম খোর্জৈ লুপ (নোহাখোল) না মীয়ামদা পুথোকচবা তরুকস্সুবা লাইরিরি

লাইরিকসিগী মমাংদা পুথোকচখিবা লাইরিকশিংদি রারীমচাদা 'ইশং কারবা নুং"; নোভেলদা "কায়নবা অহানবা শরুক"; লিলাদা "কৈদৌড়ে লাক্কনি তামোচা" অমদি "জর্জ সাহেব" লোয়নবা শৈরেংদা "মীতৈগী কংলা শা', হায়রিবশিংসিনি।

শ্রীশশীকুমার, লিলা ইনগী লমসিদদি ইনৌ নৌনা খুং থারবদি নত্রে। মশাগী লিলা-লাইরিক মরি ফাংলে; অদুগা শৈরেংগী লাইরিক "ইম্ফাল সহর"; নোভেলদা "মেরী" অমসুং "অমুক্তা উন্নসি" হায়রিব-শিংসিনু ফোংখ্রে। পুন্নমকসিগী মথক্তা মানা ইবা লিলাশিং সুমাং লিলা অমদি অনৌবা সুমাং লিলা (ঈশৈ লিলা) ওইনা কুনগী মথক্তা শান্নখ্রে। অসুম্না ইরমদংগী লোয়না-শিলোন (সাহিত্য) বু য়োকখৎ নবা হোৎনবদা অচৌবা থৌদাং লৌরিবা শ্রীশশীকুমারবু খজিক্তং তেংবাংজবা ওইনা নোহাখোলনা "ঙসিগী মণিপুর" হায়রিবা লাইরিকসি মীয়ামগী মাংদা পুথোকচরি।

গৌরো থোঙামচা
প্রেসিডেন্ট,
নোংচুপ হারম খোর্জৈ লুপ
(নোহাখোল)

তাওবুংখোক
তাং ২৪ | ৫ | ৯৫ ইং,

# শুমাঙলীলা ইবা শশীকুমার

মতম অমা শুমাঙলীলা য়াওবা অসি হৌন্নখ্রে লৌনরম্মী। শুমাঙলীলাদা নত্তে, জগোই-ঈশৈ লীলাফলা তৌবা কলাকারশিংবু সমাজনা মীৎয়েং অমনা য়েংনরম্মী। হৌজিক্তি মসিগী মীৎয়েং অসি লৈত্রে হায়না লৌবা য়ারে। মসিগী মরুওইবা মরম অমদি, শুমাঙলীলাবু য়াম্না মরু ওইবা, শক্তি লৈবা, মীয়ামগা হাকথেংননা পাউ ফাওনবা ঙম্বা কলা অমনি হায়না লৌনরকপদগীনি। শুমাঙলীলাদি মীয়ামগী কুম্মৈলেন অমনি। মৈতৈ জাতিনা থরায় তাজরবা লীলানি। ঙসিদী লাইরিক-লাইশু হৈরবা, ভাব তারবা মীশক কয়া চোংশিল্লক্লগা শুমাঙলীলাদা য়াওররে। মশক নাইরবা কলাকার; ডিরেক্টর, লীলা ইবা কয়াম্বু থোরকলে। প্রোফেসনেল ওইরবা তগং তগং হিংলিবা কলা অমা ওইরে। হৌজিক হৌজিক ওইরিবা সমাজগী সমস্যা কয়া পেন্দবা, শাউনিংবা, অশোয়বা, অমোংপা, অরানবা, শেনজা-থুমজা, লমচৎ মাঙথরক্লবা মশকশিং অসি করি অমত্তা কিবা তৌদনা, ইচঙ থোনা, ইকোক কোক্লা, থস্মোয় শেংনা ফোঙদোকপা য়াবা মফমসি মিং উইশিন্দুনা থিনদা শুমাঙলীলা নত্তনা অতৈ লৈত্রে হায়বা য়াই। শুমাঙলীলা ফনা য়াম্না নীংতম্বা ফংলবা কলা মওং অমনি। শুমাঙলীলানা পায়রিবা লাইসেন্স অসি মীয়াম্না য়াই, অয়েংবনা শোগংলি। মীয়ামগী থস্মোয়দা ওমখৎতুনা ফোঙদোকপা ঙমদনা লৈরিবা পেন্দবা, শাউনিংবা ময়ামতুগী মতুংশিনবনি হায়না লৌতুনা শুমাঙলীলাদা উৎলকপদা হরাউবনা খুবাক খুই, অপেনবা ফোঙদোক্লুনা লাউখোংই। অয়েংবা ভাবোকশিংনা থস্মোয়গী অফা-অপুন অমত্তা য়াওদনা, য়াম্না নিংতম্না, থস্মোয় পেনজনা, মকালাম্না ফোঙদোকচরিবা কুম্মৈদি শুমাঙলীলাতদনি। মসিগী মথক্তা, হরাউ তম্বাস্বা পাম্নবা থস্মোয়শিংনা হরাউনা নোকচবগী তানজা ফংই শুমাঙলীলাদা ওইথোক্লবা লৈতে, হাপচিনবদা চন্দবা লৈতে। ভাবোকসু পুম্নমক য়াই। লীলাগা ভাবোক্কা অম্বুক নকশিন্ননা চান্ননা নুংশিনবা কলা অসি অতাঙবনি।

অসিগুম্বা শুমাঙলীলা অসি মতমগী মতুংইন্না অহোংবা কয়া লাকখি। অহোংবা শকলোনশিংগী মনুংদা মরুওইবদি লীলা তম্বিবা ডিরেক্টর অমসুং

লীলা ইবা হায়দুনা মশক নাইনা চোংথোবলকপা অসিনি। অনী অসি থোরকপদগী কলাগী ফোর্মদা চেংশিনবা, মওং-মরীল নাইবা মশক অমা লাকপা হৌখি। অহাংবা লমহাং অমবু মপু পান্দুনা মওং তানা শেমগৎলকপগুম কলা অসি মপু পানহনবা ওইরকই। লীলাগী খুৎই কয়াদা অমম্ভং লীলা উংপদা মখল-মখা কয়াগী মওং-মতৌ, ষ্টাইল অমসুং টেকনিক পুথোকলন্ত্রনা লেপ্পা নাইদনা চায়েং তৌরিবা কলা অমা ওইরকই। অসিগুম্না মখল-মখা কয়াগী অহোংবা মশক অসি শাগৎলকপদা অচৌবা থৌদাং য়ারিবদি লীলা ইবনি হায়বা য়াই। অফবা মরু নঙ্গা চারাদগী অফবা পাপ্পী ওইরকপগুম অফবা লীলা অমা ওইগে হায়রবদি তঙাইফদনা অফবা রূপ অমা ওইদবা য়াদে। অফবা লীলা অনাংবনি, অফবা লীলা ইবা ঙম্বা লীলাইবা য়াম্না তাঙনা থোকলি। লাইবক ফবদি, শুমাংলীলাগী লীলা ইবিনবা অফবা লীলা ইবা খরদি লৈরে। মখোয়গী মরু দা শশীকুমারসু অমনি। শুমাংলীলা ইবা অমা ওইনা য়ুরেম্নমগী শশীকুমারনা তৌরিবা খুদোল অসি মীরায়বা চুমদে। মনিপুরী সাহিত্যদা, মরু ওইনা শুমাংলীলাগী জগন্তা শশীকুমারবু মশক খঙবা মতম য়ৌরে হায়না নীংই:

মী অমা ওইনা ঐনা শশীকুমারবু মশক খঙবদি য়াম্না কুইরে। খৃঃকুঃ ১৯৬৭ দা ঐনা অহানবা ওইনা ইম্ফাল কোলেজদা লেকচরর ওইনা চঙবা মতমদা মহাক পিঃয়ুঃসিংগীঃ ছাত্র অমা ওইনা চংলকখি। মহাক সাহিত্য য়াম্না পামজৈ। মতুমরা খৃঃকুঃ ১৯৭৪ দা এমঃএঃ (মনিপুরী) পাস তৌখি। খৃঃকুঃ ১৯৮১ দগী ময়ায় লম্বী কোলেজদা মনিপুরীগী লেকচরর অমা ওইনা থবক তৌবা হৌবদগী হৌজিক কোলেজ অসিগী ভাইস-প্রিন্সিপাল ওইরি। শুমাংলীলাদা ঙাওজবা মীশক অমা ওইবা মরম্না হৌজিক হৌজিক ঐগী ইখাদা শুমাংলীলাগী মরমদা রিসার্চ তৌরি। মতম খরসি অমুক্তা হেন্না নকশিন্না লোয়নবদগী মাগী থম্মোয়শেংবা, নীংবদা চপ য়ুংনা লেপ্পা, নীংখিবদা হোংদবা, য়াম্না তন্দবা, হায়নখিবা রা ঙাক্লা চৎপা অসিনচিংবা লমচংকী মশকশিং মঙোন্দা লৈবা থেংনৈ। মহাক

থাজবা য়াবা মীনি। মানা 'হোয়' হায়থ্রবদি মখা অমুক তাদ্রবস্থু য়ারে। পূম্নমক্কী মথক্তা মহাক মোরেলিষ্ট অমনি। পূম্নমক অসি ঐগা থেংনবদগী লৈজরম্মবা মাগী শকলোন খরনি।

শশীকুমার মশাগী চহী ১৬ শুবদা (পোকপা ১৯৪৬) শুমাংলীলাদা খোঙদাবা হৌরে। খৃঃকুঃ ১৯৬২ দা মানা ইবা 'য়েক নুংশিনবা' কৌবা লীলা অমা মখোয় লৈকাইগী পার্টি অমনা শান্নবা হৌখি। লীলা অসিদা মানা বসন্ত কৌবা হিরো অহু শাখি। মাইবী অমরনা মমা শাই। মনিপুরগী মফম খরদা ১৪/১৫ রক শান্নখি। মোইদাংপোক্তা লীলাসি শান্নবা মতমদা অহন অমনা লীলা লোইরগা মঙোন্দা কৌশিন্দুনা হায় "ইবুংঙো লীলা অসি শান্নগনু।" অহল অহুনা খল্লম্বা য়াই য়েক থোক্লব-দগী নুংশি পনথুংনখিদ্রবী হেরোইন অহুনা মথরায় থাখিবহু নহারোল-শিংনা খুহুং ইল্লকপা য়াই। তশেংনা লীলা ইবদি খৃঃকুঃ ১৯৬০ দগীনি। মতমহুদা 'কায়নবা' কৌবা লীলা অমা ইখি। লীলাহুদি শান্নখিদে। মথংগী লীলানা খৃঃকুঃ ১৯৬৩ দা ইবা 'বসন্তরানী' নি। লীলা অসিমদি ঈথায়, কুণী য়োনা শান্নখি। মনিংস্থু ফনা চংখি। মহাক্না ক্লাস নাইন তম্লিরৈদা মথংগী লীলা 'পৈশাগী হুনিয়া' (১৯৬৪) ইখি। লৈকাইগী টুরিং পার্টিনা শান্নখি। মতৌ অহুম্মা খৃঃকুঃ ১৯৬২ দগী হৌজিক ফাওবদা লীলা ৫০ হেন্না ইখ্রে। মসিগী মনুংদা লাইরিক ওইনা ফোংলবা লীলানা ৪ নি ফোঙদ্রিবা লীলা ৪৬ রোমস্থ লৈরি। মসিগী মথক্তা উপন্যাস (মেরী, ১৯৭৫ অমুক্তা উন্নসি ১৯৭৬) শৈরেংগী লাইরিক (ইম্ফাল সহর, ১৯৭৫) ছাপ্পা তৌদুনা ফোঙদ্রে।

শশীকুমারগী শুমাংলীলাগী খ্বাইগী খোঙচং অসিদা অহোংবা মথং মথং লাকপা থেংনৈ। মাগী অঙনবা লীলাশিংনা য়াম্না রোমান্টিক ওই। মথংদা ইমুং-মনুংগী সমস্যা নৈনবদা চঙশিল্লকই। মথংদনা অমুক লাকই সমাজগী মীহাৎ-মীপুন, ক্রাইম, মোরেলিটিগী সমস্যা নৈনবা লীলা কয়া। হৌজিক্কী ইনৌ নৌবা খুংইদনা রাজনীতিগী সমস্যা নৈনবদা মায় ওনশিল্লকই মাগী অহুমশুবা তাংকক্কী সমাজগী ক্রাইম নৈনবা লীলাশিং

অসিদা মনা-মথুম কয়া ফংখি। মমিং পনবা য়াবা থরদি —

(১) স্বৰ্গগী গুলাপ (১৯৮৬, সেকেন্দ তাখি)

(২) অহিংদুগী পাউথুম (১৯৮৬ সেকেন্দ বেষ্ট script তাখি)

(৩) চীংগী ঈচল (১৯৮৭, বেষ্ট প্লে), (৪) তমগী ইবুং (১৯৮৭, সেকেন্দ তাখি) (৫) থরাইগী তেংথাখোল (১৯৮৯ সেকেন্দ বেষ্ট প্লে) অসিনচিংবা। মাগী সমাজিক সমস্যা নৈনবা লীলাশিং অসিদা তত্তনা উৎলিবা ৱাফম অমনা মরাল লৈত্রবী নুপীবু ওৎ-নৈবা, রেপ তৌবা, ইজ্জৎ মাংহনবিবা অসিনি ' রেপ তৌবা অসিনা মাগী মরুওইবা থিম ওই। মরাল লৈজদ্রবী নুপীশিং অসি অয়াম্বা মশা মতোমতা মথৱায় থাজদনা শিহল্লি। মখোয়বু নমদুনা ইজ্জৎ মাংহনবিখি হায়বসি অরোয়বদা ফোংদোক-হল্লি অদুগা মরাল লৈবশিং অদুবু মতিক চাবা দন্দি পীহল্লি। শশীকুমারনা মোরেল য়াওদ্রবা, লমচৎ মাংথরক্লবা মনিপুরী সমাজ অমগী মশক ময়েক শেংনা উৎপা পাম্মী। শারমচৎ অসিদগী কন্নবা নুপীশিংগী তাকনবা লাম্নেং অমা চংশিনবা তাই হায়বসি মহাক্কী অচেৎপা মোংনি।

মাগী হন্দক ফোংলিবা ' ওসিগী মনিপুর ' (অহানবা শরুক) অসিদগী হৌজিক্কী রাজনীতিগী সমস্যা নৈনবা খুৎই অমা হৌরে হায়বা য়াই। লীলা অসিদা হৌজিক ওইরিবা মনিপুরগী ফিভম, লৈংাকলোনগী, শেনজা-থুমজা, মোরেল য়াওদ্রবা মশক, ময়েক শেংনা উৎলি। মীহাৎ মীপুন ( ভাইওলেন্স ) হিন্দি ফিল্মগী মতৌগুম ক্রাইম অমসুং ভাইওলেন্সগী মশক য়াম্না ময়েক শেংনা উৎপা লীলা অমনি।

লীলা অসিদা য়াওরিবা তোমচা মতম অসিগী রাজনীতিরালা, এম:এল:এ:, ফম্নাইবশিংগী মচুৎশিনবা চরিত্র অমনি। খুঙ্গংদা পোকপা মমিংফাওবা ইবা হৈতুবা তোমচানা কারবারগী ৱাখলদা কোলেজ লিংখতুনা ওবা ১৬ হাপ্পদা লুপা লাক্ষ কয়া তানশিনখি। কোলেজগী মিংদা লম খোপচিল্লি। অমুম্না শেন পায়বা মীশক অমা ওইরক-পদগী আশা চাউরতুনা ইলেকশন লেপ্লগা মন্ত্রী ওইগে খল্লকখি। লুরিবদি মাগী লাম্বা ওইনা লেপলিবা ইরাবোৎনি। তোমচানা লুপা

লিশিং ৫০ পীতুনা মীহাৎপা নেল্লগা ইরাবোৎপু হাৎহল্লগা লাম্না য়াওদনা মীখন্দা কাতুনা লুপা লাক্ষ ২৫ পুথোক্লগা এডুকেশন মিনিষ্টর ওইখি। মচানিপা দেবাননা গুন্দা ওল্লে, মপাগী এজেন্ট ওইতুনা শেন চাতুনা লৈরে।

পুকচেল শেংলবা এসঃ পিঃ ইন্দ্রজিৎনা ইরাবোৎ হাৎখিবগী কেশ অসি থিগৎলকই, মীহাৎপা ফানবা হোৎনরকই। তোমচানা লুপা লাক্ষ অমা পীগে হায়বা য়াদে। চিফ মিনিষ্টরনা খুৎ কন্না থিং-জিল্লকপা মরম্না ইন্দ্রজিৎকী উপায় লৈখিদে। অদুবু মাদি হনবা লৈতে। ফত্রবা তোমচা অমস্তুং দেবান, মপা মচা তান্নরগা অচুম্বা চৎচবা ইন্দ্রজিৎকী মচানুপী তম্ফাম্নাবু স্কুলদগী ফাদুনা পুখি। দেবাননা তম্ফাম্নাবু হাৎলগা মিনুথোংদা লুন্দোক্লম্মী। থোদোক অসিনা অমুক লৈবাক ঈরাং হৌরকই। তোমচানা কন্না হোৎনদুনা মরাল লৈত্রবা এসঃপিঃ ইন্দ্রজিৎপু উখ্রুলদা ট্রান্সফর তৌরম্মী। ট্রান্সফর তৌহনবত নত্তনা মচানিপা দেবাননা মাবু হাৎকদবা তাঞ্জা য়েংদুনা লৈখি। ঈশ্বরগী নোংদমনি, ইরাবোৎকী মচানুপী রীতা দেবী আইঃ পিঃ এসঃ ফংলদুনা ইম্ফাল থোরক্লে। মহাক্না কেস অসি পায়রে। রিকোর্ড পুম্নমক খোমজিল্লে। লাক্কদৌরিবা এসেমব্লিগী মীফমদা রিপোর্ট পীনবা শেমখ্রে। লৈবাক্কী ঈরাং কনখৎলকই, সরকার কায়বগী ঈরাং লাকই। থোদোক অসিগা ঈরোয়ননা তোমচাগী মচানুপী বিনাগা শিখ্রবা ইরাবোৎকী মচানিপা, হৌজিক্কা সেন্ট্রেল সিঃ আইঃ ডিঃ ওইরিবা প্রেমজিৎকা নুংশিনবগী মরী অমসু উৎলকই। 'ঙসিগী মনিপুর'গী অহানবা শরুক অসি অসিগুম্বা মেন-মান তাদ্রবা, চরাঙনবা, করি থোক্লমগদগে হায়বা মতাং অমদা লোইশিল্লি। মথা করি থোক্লগবা হায়বা খৌরাংবা অমা পোকহল্লি।

মথক্কী বারী অসিদগী খঙবা ঙম্মী লীলা অসি হৌজিক মতমগী য়ক লাউবা রাজনীতিগী থোদোকশিং অদু ইশেং শেংনা, ইকোক কোক্না উৎপনি। মসিদা য়াওরি কোক্কেজ লিংখৎনুনা কারবার

তৌবা, রাজনীতিগী মীহাৎ স্কুলদগী অঙাং ফাবা অচুগা হাৎপা, অচুম্না চৎচবা ওফিসারগী মচিন মেনবা, মন্ত্রীগী মচানা গুন্দা শাবা, পৈশা পীজগুনা মন্ত্রীগী ফম লৈবা অসিনচিংবা। লীলা ইবনা হ'য়রি। মসিনি 'ঙসিগী মনিপুর'।

লীলা অসিদা অইবনা ঙসিগী মনিপুরবু মফম কয়াদা ফজনা মশক তাক্লুনা শৈথাবা থেনৈ। অইবগী লোন্দা— "অঙকপনি ঙসিগী মনিপুর, চিফ মিনিষ্টরনা মীহাৎপশিংবু অসিয়ৌনা অঙতাই ওইনা কনখৎপাশিদি"। (লাঃ ১৬) "ঙসিগী মনিপুরসিদা করিবু তৌগবনো খঙদেদা তাদা"। (লাঃ ২৩) "অঙকপা লৈবাক অমা ওইরেদকো মনিপুর। মীচম করিম্থ খঙজদবশিংগী পুন্সি করি ওইরক্কদোরি। হিংবদা লাশিল্লক্রি, মীহাৎপশিংনা লৈবাক ওইরক্রি"। (লাঃ ৪২) "রাজনীতি-বালাশিংনা লৈবাক অসি পুরা লৈখাদা চিংথরেদকো" (লাঃ ১৭) "ঙসিগী খুনাইসিদা মীওই পুম্নমক ওইজবা তানবা ঙাকনি .....। ঐখোয়গী তুংগী লম্বীদা খুরো চেনগদবা লৈরবদি পুম্নমক লোইশিন-গদবনি"। (লাঃ ৩১) "অশেংবা তৌবগী মিংচৎনা কান্নদে, শেনয়ান পায়বগী মীংচৎনি হৌজিক্কিদি"। (লাঃ ৩৫) "মীগীনা অচুম্বগীদমক মন্ত্রী ফম থাদোক্লে অচুগা ঐখোয়গীনা মন্ত্রীগীদমক অচুম্ববু নমথৈ"। (লাঃ ৪০) অসিনচিংবা মীহাৎ-মীনৈ, অমোৎপনা থল্লবা মরকসিদা অইবনা থম্মোয় শেংনা পাউজেল অমা পীরি—"খুন্নাইসিগী মহারোল মরক্তা অচুম্বগীদমক কৎথোকপা ঙম্বা চোংথোকলকখিগনি। চপচানা থেংনবা ঙম্বা মীওই লাকখিনি" (লাঃ ৫২) শুমাঙলীলাদদি থম্মোয়দা পানগদবা পাউজেল য়াম্না দরকার ওই; পাউজেল অচুনা ভাবোক্লী থম্মোয়দা কন্না কন্না য়ৈবা মীৎকপ খঙথোক থোকহনবা।

লীলা অমগী মপুং ফাদ্রিবা, অহানবা শরুক পারগা হাহৌদোক ইবা হায়বসিম্থ অরানবা অমনি খন্নজৈ। তশেংবদি, অনিশুবা শরুক য়াওনা পুন্না পাবগী তঙাইফদবা লৈ। অচুমকপু, লীলা অসি ইবিরিবা শশীকুমারনা কন্না তকশিনবদগী অমদি মহাক্কী অপাম্বা উবদগী হাহৌদোক

অসি হৈজখিবনি। ঐহাক শুমাঙলীলাবু য়াম্না নুংশি। শুমাঙলীলা ইবশিংনা মখোয়গী লীলাশিং অদু ছাপা তৌদুনা য়ারিবনথে ফোঙদোক্কদবনি হায়বসি ঐগী অচেৎপা ৱাখল অমনি। মরমদি, অসিগুম্বা শুমাঙলীলাশিং অসি মখল মথা শুনা ফোঙলক্লবা মতমদা মনিপুরী নাট্য সাহিত্যদা অনৌবা মখলগী নাট্য অমা থোরকপা য়াবগী থাজবা লৈ। শুমাঙলীলাগী নাট্য সাহিত্য অসি মওং তানা, লৈদুনা শকখঙনরক্লবা মতমদা অফবা ড্রামাটিষ্ট কয়া মায়কৈ অশোমদা চঙলকখিগনি। মতমতুদা মশক মচু থোক্লবা কলাগী কায়াৎ মপুংফানা য়াওরবা সাহিত্যগী লৈচল অমা ওইনা তোপ-তোপ্পা শাংলকখিগনি। অফবা ড্রামাটিষ্টশিং শুমাঙলীলাদা চঙকপা তঙাইফদে। শুমাঙলীলানা মখোয়বু পীরাম্না ওকলি।

ডাঃ নোংমাইথেম তোম্বী সিংহ
কৈশামপাৎ লৈমজম লৈকাই,
ইম্ফাল

ইম্ফাল,
মে ১, ১৯৯৫

# "ঙসিগী মনিপুর"
## ( Manipur Today )

**সিনোপসিস —**

মীওইবগী পুন্সিদা ওইজবা পাম্বা কাম্নবা থিবা ডাক্ত ডাইরব মতমসিদা মীচম মরক্তা অচম্বা মীশক কয়া অমম্ভ লৈতবদি নত্তে । হিংনবগী লানফমদনি ঐথোয়না থেংনরিবা অপাম্বা কল্লকপা তুংশিবা কায়নবা অপুন্ন অশাগী শরুক্ক য়ামশিল্লক্লবদা অশেংবা অচুম্বা শক্তম খুনাইশিদগী মাংখিগদ্রা ? পুম্নমক ঙসিগী খুনাইসিগী মাংদা মীয়াম খুজাক থরাদি মীৎলুগী পীরাং কংদনাখ অদা নৈশা থাংলি । লুপা নৈশাগী মরাইনা লাইরবা কয়াদি খুৎলাই ওইনা শেল্লাও পায়বগী লাংদা থুরে মীপুন খুদিমক অচুম অরান থওনরে উনরে, অতুবু মীয়ামগী মাংদা থৌনা ফনা মরিল লৈনা কো দোকপদি ঙমগনি করিগীনো ?

লাইরিক তথ্য, কারবার ভোবা পুম্নমক ইজেং ওইনা থল্লদে রাজনিতিবালায় অচুবা ডাংনজে পুম্নমক কারবার ওইনা শেল্দোং থিবা ডাক্তা ওইনা চোংথোরকনো ঐ ঐগীংবু ফরগা লোইরে থবা মতম ওইরে । নাকল অনরোমদা অপুনবগী জয় । অপুনবা শক্তিনা জয় তৌরি কনাংনা অচুম্বা ওইদোরিবা উৎচরনদি । মীয়ামগী মমাংদা হায়জ চংচবা ঙমজদনগী উৎথোকচনদি । অদুবু অশোংবদি ঙসি ফাউবদা উবা ফংদে কমদোনা কদোমদগী তংথোকবা অনৌবা শক্তন লাকহনবা ঙমগনি চহি থরদা ঙসিগী মনিপুর শাথিনা মাং-থরকলে, মীতাং মীপুন কয়া থোকে ঙসি কাংবা মতিক চাবা দন্দি অন পীগিদবনা মথৌ শংবা ওইনা থোকে, ঐথোয়গী খুনাইসি । নোংমদি মাংখিগদ্রা হায়বগী মীপাইবা য়াওনরে ঙসি লৌশিং লৈবা গুন লৈবা কয়ানা অনৌনা শওনবা অমা পুথোকপা মতম ওইরে কুম্মৈ নত্তে লীলাগী লীলা নত্তে অশোংবনি অনৌবা লম্বী অনৌবা শক্তম অমা লেপ্পসি ।

তাং ২৫ | ১২ | ৯৪ ইং,

লীলা ইবাঃ

[illegible]

# ঙাসগী মণিপুর
( A Social play )

নুপাগী শক্তমদা :—

| | | | |
|---|---|---|---|
| (i) | তোমচা | : | মতমসিগী রাজনিতিবালা অমা |
| (ii) | সনাজাউবা | : | ওইজবা থিবা খুফাগী নংঙা অমা |
| (iii) | দেবান | : | তোমচাগী মচানুপা মতমগী খমথেংবা |
| (iv) | তোম্বা | : | ঙসিগী খুনাইসিগী কদর মপী |
| (v) | ইন্দ্রজিং | : | পুলিস অফিসার, এসঃ পিঃ |
| (vi) | প্রেমজিং | : | সিঃ আইঃ দিঃ অফিসার অমা |

নুপীগী শক্তমদা :—

| | | | |
|---|---|---|---|
| (i) | বীনা | : | তোমচাগী মচানুপী |
| (ii) | রীতা | : | প্রেমজিংকী মচনুপী |
| (iii) | তফাম্না | : | ইন্দ্রজিংকী মচানুপী চহি ৫/৬ |

১৯৯৫ কী অনৌবা সুমাং লীলা ফেসতিভেলদা শক্তম লাংবশিং :

নুপাগী শক্তমদা :— তোমচা লাই ইবোচৌবা
সনাজাউবা য় হেমন্ত
দেবান বসন্ত বাঙ্গোই
তোম্বা শাঃ ইবোচৌবা
ইন্দ্রজিং শাঃ নবচন্দ্র
প্রেমজিং ব্রোজেন পাথো

নুপীগী শক্তমদা :— বীনা য়ুঃ খম্বা
রীতা সুরজিং
তফাম্না গোসাই

ঈশৈ নোংমাই :— নুপী খোঞ্জেল শ্যাম খুমন
নুপাগী ,, গান্ধী
পুং জীতেন
গীটর ইবোমচা

পুথোকচবা :— পান্থোইবী সঙ্গীত মণ্ডল, য়ুরেম্বম

লীলাগী লমজিং লমতাকপা :— বীরজিং ঙাঙোম্বা

## ২—ঙসিগী মণিপুর

তোম্বাঃ ঐসু কৌজরম্বনি কনামদা খুম্মক্তে। উন্নদ্রিফাও ঙাইরগে হায়ডনা হেক্তা লৈজরম্মবনি।

সনা ঃ শেনয়াম অমা খোমজিনখ্রগা লোৎপদি য়ারোইনা !

তোম্বাঃ হায়রিসিবু !

সনা ঃ হেরা হন্দক মখোয়গী কোলেজগী ওজা লৌবদা হাঙ্গীনি হায়ডুনা ঐগী মরুপ মপাং অমদগী লুপা লিশিং মরিফু লৌবীখ্রে; অদুগা ঙরাং ইন্টরভিয়ুগী ফোল লাওথোকপদনা য়াওরক্লে।

তোম্বাঃ ঐগীসুনিনে শোয়দনা হাঙ্গীরনি হায়ডনা অঙাং অমগী লুপা লিশিং হুমফুতরা লৌশিল্লরে; খুরাইবুংঙোদা য়াঙ্খে পীশিনখ্রে কুন অমনা ঐনা লোইশিনখ্রে। থবক্তা হাঙ্গীরক্লে। ঙরাংদগী অঙাংডুনা থবক হাপত্রবদি খুদক্তা পৈশা ঙঃ হায়ডুনা শাওবনা মৈ হৌরে।

সনা ঃ ঐসুনিনে মীঙোন্দগী মরিফুডু ঐনা লোইশিনখিবসু য়াওরিদ-নিনে। অদুবু মতমসি ঙক্তি ঙকখ্রেদা কোলেজসি ঙরাং মপ্তাইরি সরকারদগী মতেং, গ্রান্ট খর খর ফংনা অদুম মসিদা ওজা ওইজগে হায়ডুনা লুপা লিশিং ঙমদুনবা মরিফু পীবদা নাচুংদবা ঐখোয়গী লাইরিক হৈবা এমঃ এঃ ময়ামসি। কোলেজ অমা লিংবা হায়বসি শেন্দোংদি ফনফজনা ঘংঙেকো; হন্দক্কী ওজা তরাতরুকখক্তং হাঙ্গসিদা নাখোঙ শান্নদনা লুপা লাখ ফন য়াম্না খোমজিনবা ঙম্মে। হাঙ্গীয় হায়ডুনা পীশীন্নবনা মীওই চাম/চনিমুক্তি।

তোম্বাঃ খুরাইবুংঙোসি লাইরিক কাংহেন্না হৈজদে হায়নদনি লৌশিংগাদি লৈথ্রবজাংঙনি; করম্বা মতাংদা করি কারবার তৌরগা শেন্দো ফংগদগে হায়বসি ফজনা থঙক্ত।

সনা ঃ তশেংবনি, হৌজিক্তি পৈশা পায়রবনিনা শিংবসু হেঙ্গংলে; মশকসু ফজরে, মীনসু ইকাই খুম্নরে। কোলেজ লিংবগী নামাদা খুনগী লম একর চামরোমসু লৌ ওইনা খোপচিল্লে।

তোম্বাঃ মহৈদা খোপচিনহৌদ্রবসু পৈশাদা মশাগী কাংনবদা ননথুম

খোপচিনবদি করি হায়রুনি কোলেজসি লিংনবা হোৎনরকপদা লৈকায়দগী খায়গৎখিবা শেনফম ময়ামন্থু ইয়ুনির্ভসিতি অমা লিংবফাও কোম্নরমগনি। শেনয়ামন্থুগী মপান্না ঙসিদি মীনা শকখঙবা হায়বন্থু ওইরে।

সনা : মহাক্কী তুরানবা লীচৎসিন্থু খঙনরকঅমনিদ; খুঞ্জাশিংনা মমাঙদবু হায়দবনি মতুংদদি শীংনবা ময়াম অমা য়াওরবনি। পৈশা পুথোক-পুশীন য়ানবা তৌশিন্নবা খরদ মঙাইরবনি।

তোম্বাঃ অন্থুবু মানা হায়বদা য়াদবা য়াওভ্রিবসিনিনে। হৌজিক্তি, হাইগৎলকপা হায়বু এমঃএলঃএঃ লেপ্পীংই হায়রকলবনিদনা।

সনা : মন্থুমদি হায়রেবো। অশাসি চাউখৎলকইবনিনে।

তোম্বা: চাউখৎলকপা হায়বু নোংমা ঐগা ইয়ুনির্ভসিতিদা কোলেজগী রারী অমগীদমক্তা চৎমিন্নৈ, ইয়ুনির্ভসিতিদা লৈরম্বা অচৌঅশাঙ ময়ামন্থুনা নাবু করাম তরাম-তরাম তৌই। তেবল খুদিং লুপা চামচৎপী-চামচৎপী শৎ-শৎ, থবক্কাসি পললকপোং নত্তে হায়বদা।

সনা : অন্থুবুদি ইয়ুনির্ভসিতিগী অচৌ অশাংশিংনা য়াঋবা মীশক্কি: মাবুনা হায়রীবনি। শেল্লেম্বা মীয়ামগী শেন্দো না মাঙা।

তোম্বা: অন্থুবু কাদি হেনমল্লবনি।

সনা : (ঘড়ি য়েংই) ফন থেঙজিল্লক্লে, ফনগী মকুইরে কনামনা হেক থোরক্লেদা! শেনয়ামন্থুনা নন্দনা হৌগৎপা ঙমদবজাৎলা?

তোম্বাঃ হং পুরা নল-লাক্তনা শিবগদি য়াদ্রি মীগী পৈশা হন্দ্রবদি লৈ-য়ারোইদৌরিবনি।

সনা : এঃ এঃ মী মখোল অমদি তারকএ!

(দেবান হৌগৎলকপৈ মঙংদা থোরকই)

দেবানঃ (য়াম্না থওইদনা) তাদখোয় ময়াম ওম্বোক্না ঙনা হাজির ওইবীররেদা?

তোম্বা: অকৈ লায়রি ইবুংঙো দেবান পাবুং লেঙখৎখিদ্রিবরা ?

দেবানঃ লেত্রিনলোমদা হকচাং শেংদোকহৌরি ।

সনা : ইবুংঙো ইয়াম্বখোয় লোইরে; শামু অচৌবনা নুংঙাইনা কুম্বর-কপদা ককচেং মচা ময়াম ননথায়বীত্তুনা লাক্রবীবত্তু মঙায়রে ।

দেবান: করি তৌরবগেনে তাদা ?

তোম্বা: ওপরেসন্দা শোই তৌরুবা পুন্নমক দোশা তানরে ।

সনা : তশেংনা তুম্নবনি দেবান ইবুঙো ।

দেবানঃ করি করিনোনে প্রনান্দবো তাদা ?

সনা : নখোয়গী লনাই কোলেজগী ওজা লৌবদা ঐখোয়দি থুরাইদা থাওতেক্না য়ানশীনজরেদনা ।

তোম্বাঃ নখোয় পাবুংস্থ ফজবদি বাংলি ধর্ম্মা লৈতে দেবান ।

দেবান: খঙদ্রেদা তাদ ঐখোয় পাবুংসি হন্দক্কী ওজা ওরাকরপ খল লৌবনিদা বাথোক ওইনরে । হান্নগী নিক্‌-য়াঙৌত্তু লৌবন অস্লক বাথোক ওইখিদে । ওসি অহিংদি শুকতুম্ব তুমদ বনি বানোম্বা লাকপা ময়ামনা; ঐ ফাওবা দোশা য়াওদনা ।

সনা : তৌরমনিবো দেবান ! ঐখোয় অমনমদং চেঙ্গনফাওন তুম্বা য়াদ্রদনা নোংঙানলগা ইবুংঙোখোয়দা হাঞ্জর ওইরর বসিনি । অত্তুবু হৌজিক কানসি ফনাদ ওকইকো ওজা তরাওরুকথক্কী ইন্দরভিয়ুদা কৌন্দদেট চত্তুম হেন্না লাকই সরকারগী কোলেজমকত্তু নাক্তু হায়বনিনা ।

দেবান: ফাষ্ট ক্লাস, সেকেন্দ ক্লাস, এমফিল পিএচদি মরে নামরে লিংলে পৈশাত্তু পায়নরবা জাংনি লুপা লিশিং তুমদে অরিক্ত পীরগদনি. বন্দল-বন্দল থনমগন্নুকা য়াপোং নাও ওপ্রোক্না ওকখ্র-বজাংনি ।

তোম্বাঃ করিস্থ ওক্লিংঙাই ওইদ্রেদা; হৌজিক পৈশা ফংবা-ফংদবা থবক অমা তৌরি হায়বসিনি তান্নরিবা ইজৎনিনে ইজং ইকাই খুন্নফম ।

দেবানঃ পাবুংনা অরাকপা কেন্দিদেটশিংত্তুদ চাউনা হায়খৎপাংনি

তোলোপতি লুপা চামরি-চামঙাদগী হৌগদবনি । মখোয় তোলোপকীগা চংদে তৌজরংগে পীজরগেদনি ।

তোম্বা: লুপা চাত্রেং থাদা তোলোপ হায়বদা লুপা লিশিং হুমফুতরা শং লাম্বোকপা ঙম্মিবা এম:এঃ নিদনা । ভাইখো ইবুংঙো দেবানস্থ এম:এঃ ফাষ্ট ক্লাস মেথমেত্তিক্সনি হায়বদাই ।

দেবান: হোয় মাষ্টরফাওদি লোইশিনজরে ।

তোম্বাঃ হন্দক্কী অঙ্গী ওজাহু ওইহৌবা য়াবজ'ংনি হায়রীবা !

দেবান: চুম্মি তাদ, অদুবু তান্নরক্লিবা কেন্দিদেট ময়ামতুগী খল্লবদা ঐগী সিটতুমা থাকচন্নবনি । পাবুংনা কোলেজগী চিয়া-র্মেন অদুগা ঐনা সেক্রেটরি ওইরগা থরা ফরগদ্রা ।

সনা : মতুদি শরেং থোংবদা থাউ থাকপনিনে । হায়দি হন্দক্কী ওজা তরাতরুক্কী শেনফমতুমক্তস্থ ফন ফজবা শেনফম অমদি খঙলমগনি ।

দেবান: হোয়, পাবুংস্থ হন্দক্তি অনৌবা আশা অমা খল্লমালে !

তোম্বা: ভোট লেপ্পগী বাফমতুরা ?

দেবানঃ মানি । খঙদে, ঐখোয় পাবুংসি হন্দক্তি ঐগস্থ মোত শাথিনা খেন্নবা য়াওরকই ।

( তানজাসিদা তোমচা য়াম্না লেম্বা কংগ্রেস তুপি অমা উপ্পী বেসকোট লীংলি, লাচৈ তুঙ্গানবী অমা পায়রতুনা থোরকই )

এ: পাবুংস্থ লেঙথোরকএ বারী শাবীহৌরো তাদা ।

সনা/তোম্বা: হোয় হোয় ( দেবান চংথি )

তোমচা: ( য়াম্না লেম্না ) আয়, নখোয়নিদি কয়াম কুইরে ?

তোম্বা: হাইফেং কুইজরে খুরাইবুংঙো (অনিমক ইকাই খুম্নবা উংলি)

তোমচা: ঙসি অহিংদি শুকতুম তুমহৌদ্রবনিনে ।

সনা : পুম্নমক দেবান্দগী তাজরে । অতু মখাবু কমদৌবা তারিবগে ?

তোম্বা: ঐখোয়স্থ তুম্বা য়াদ্রতুনা খুরাইবুংঙোগীদা নোং ভাঙ্গররবনি ।

তোমচা: উপাই লৈতে, ঐস্থ নখোয় অনিগীদমক ফন কন্না খাঙবনি । মখোয় মখোয়গী পৈশা হন্দোকপিবা তারেদনা !

সনা ঃ করিনোনে খুরাইবুংঙো হৌজিকপো !

তোম্বাঃ ( ন্নুংঙাইতনা লাইবক্তা খুদুম্না শুরগা ) হৌজিকপু কদাইদগী পৈশানো হনগদবা !

তোমচাঃ নখোয়না পীবা লিশিং ৫০/৬০ দুনা হৌজিক্তুবু কৈদৌরুনি ! ঐদি হান্নসু য়ারদি তৌগুমসি হায়বতুনি । মখোয়না হায়জবনে অদুগা নবান্নিনগা তকশিনবদুদা য়াগদ্রা য়েংঙবনি ।

সনা ঃ ( শাওনা ) করিনোনে খুরা ইবুংঙো তাকপীরিবত্নবো ।

তোমচাঃ ইন্টরভিয়ুদসু মখোয়নীদু শুকয়া য়াদ্রে, হংল্লু-হংলুবদা নো সার নো সার ! মখোয়গী ফাষ্ট ক্লাসতুবু করিনৈ:নে । ঐখোয় স্বাই ইয়ুনির্ভসিতিগী ফাষ্ট ক্লাসসি য়াদ্রেদা !

তোম্বাঃ অতৈত্নদি কমদৌবীবগে ! হায়দি, অতোপ্পা আউটসাইদ মণিপুরদগী সার্তিফিকেট পায়রকপশিং অদুনা কমদৌবজ'ৎনো হায়জরিবা ?

তোমচাঃ চাংচত্তা মখোয়না খর মফে । য়াওববুদি মণিপুর মপানগীসু মেন-মান তাদবা য়াওরীবনি । ফরে হৌখিবনা হৌখ্রে ৱাসি তেনশিনসি ইদুকেসন মিনিষ্টরগী কেন্দিদেট অনিতুফাওবা খন্দ্রবনি । সিংএম:গীদবু য়াদদনা খল্লবনি, ফসু ফৈ, মতীকচানসু অদুম তৌই ।

সনা ঃ হায়রিবসিবু খুরাইবুংঙো প্রাইভেট কোলেজসিদা মন্ত্রিশিংগী খুৎসি হেক্তা··········· ।

তোমচাঃ য়াওবা তাবনি, আই থিঙ্ক চাওরাক্লা চাদা নিফুরোমদি সরকারগী খুৎ য়াওরবনি, হায়বদি মন্ত্রিগী খুৎনি । ঐনসু পার্টি য়াওরিবনিনা মখোয়গী খরদি য়েংদবা য়াদে; ঐসু লাক্লদৌরিবা মীখলসিদা পার্টিগী তিকেত্তা············

তোম্বাঃ মখোয়গীদি দোনেসনদি !

তোমচাঃ ঐনা হায়খিবতুনে বা খঙথ্রবা ঙাক্তনি । অদুগা দোনেসনদি কমপলসরিনি ময়ামদগীসু হেল্লি, লনাইগী ওইনসুনিনে লাখতগী তানববু ইয়াও য়াওদ্রবনি খল্লিবশিংসি ।

সনা : ভাব তাজারে ।

তোমচা: হোইনে অতুনা মথোয়গীতু পৈশা হনবীগ্রগা লোইরে হায়বা !

তোম্বা: অতুদা ঐনা লোইশিনখ্রিবা শেনফমতুনিনে ।

তোমচা: কয়া লোইশিনগ্রগেনে ?

তোম্বা: কুননি । ঐনা তোংজরিবা স্কুটরসিগা লৈশীঞ্জহৌই ।

তোমচা: সনাজাঙবা নংগীনা কয়া ?

সনা : ঐগীস্তু অমহানি ।

তোমচা: ফরে ! সুমদৌরে, মখোয়না ঐখোয়দা লাকপগী টিংএঃ নোংমদা লুপা লিশিং অমমম শারো মতুদা লিশিং তরাগী মথক্কা য়ারেদনা, অতৈ থরচশিং হাপচাল্লো মরি মঙা লেমহল্লো, মতুদি হনখিবা য়াইদনা । ঐঙোন্দা পীরম্বা শেনফমতুদি ঙসিদি য়ুমশকৈশানি বেঙ্ককী নন বার্গিং দে তাই, হয়েংস্তু শগোলশেল ওইরে, নিংথৌকাবা মুমিত্তা লৌরো ।

তোম্বা/সনা: লোইরেদনা !

তোমচাঃ মসি ঐনা মথংগী প্লান অমা য়েংতুনা হল্লবনি । বানোম্বা কনামগুগী শেল হল্লদবনি । মখোয়স্তু খঙল্লতুনি ।

তোম্বা: হৌজিকপু করিনা তৌদৌসিবু ।

সনা : য়ুমদদি শঙদনা লৈরম্লনি ! নিংথৌকাবা ফাঙবা কদাইদনো ! অতুগা অরাংপতুনা কদাইদগী !

তোমচা: মখোয় শাউিরগা ঐনা নহাক্কা হায়বতুনি । অচাংশিংতুনা শাউরগা ঐখোয়দা পুয়া লাকমিন্নৌ ঐস্তু হায়গে ঙসিগীদি য়োরো চাকাস্তু অমত্তা থকত্রে । খঙদ্রে মীগীদি মথংগী তাঞ্জা য়েংবীয় হায়তুনা কন্নস্থ থৌদে । ঐনবু ইলেক্সনগী য়েংতুনা তৌরবনি ।

তোম্বা: উপাই লৈত্রবনিনা কমদৌনি ।

সনা : চংপা তারেদনা ।

তোমচা: হো: মথংদস্তু য়েংসি হায়য়ু শাউবা য়াদে ।

তোম্বা/সনা: খুম্রাইবুংঙো চংচরে । নিংথৌকাবদা লাকচরগে ।

তোমচা: হোয়নে অদুম্মা তৌসিনে।
( তোম্বা, সনাজাওবা চংখি )
হৌজিক্কী মীসি মহা লাই ঙাক্তনি। মীনা পীজরম্বা শেন-ফমদু মখোয়না অমুক দলালি চারম্মীনে।
( দেবান থোরকই )

তোমচা: দেবান, নং কদাইদনো, ঙাইখো ঙসিদি ইপাগা য়ারী খর শাশি!

দেবান: ঐ কৈগু চংখোকচরোই। অদু পাবুং মখোয়গী মীশিংদুবু অমত্তা হাপ্পীদ্রিবদুবু করিগীনো?

তোমচা: অক্কনিনে অঙ্ক! মখোয়নিসু ঐগী কেন্দ্রগী মী নত্তে; হাপক-দৌরিবসু হুয়েং ইপাদগীদা কাম্নগদবা অঙাং নত্তে। ভোত্তা মখোয়দগী মতেং করিসু ফংলরোই।

দেবান: পাবুংগী ভোৎসিবু...... .....।

তোমচা হে বুদু, নংনা ঐনা ভোট হেক হায়বগা মরৈ-মরা হেক-হেক তৌরিবসি করিগীনো? হা! নংনদুম পাবুং ভোট লেপ্পীয়ু হায়গদবনিনে!

দেবান: ভোট লেপ্পা হায়বসিবু তরাই-তরাইবা থবক্নে পাবু!

তোমচা: ঐ লোইনা খঙই। নংসে ঐনা পোকপনি। ঐনা হেৎং-নরিবসে নখোয়গীনিনে; নচনমুপী মীরৈবা ক্ত। লাইরিক তমহল্লি, নখোয়গী করিসু য়াৎহন্দে, জীপ, কার, স্কুটর ননিং তম্না শিজিন্নহল্লি।

দেবান: পাবুং মুন্নদি থম্ববীয়ু লৈকায়গী মী অয়াম্বনা ঐখোয়বু মুংশিদে। পৈশা উবসিদা পুবা লাকপা য়ানবা তৌশি-ন্নরবা ঙাক্তনি।

তোমচা: ইপা খঙই। অদুনবু মখোয়গী থম্মোইদু ফাজিনন্নবা কোলেজগী থবক হাপ্পদা লৈকাইগী মীওইদদি পৈশা অদুক হাক্লা মস্থিরুদেদনা। য়ারবদি ফম ফাওবা লৈকাইগী মীওইদা অহেনবা পায়হনগে হায়দুনা হোৎনরিবনিনে।

দেবান : মখোয় কুনমুক থবক হাপ্লহনা ভোটতা কয়াম হেন্না কান্নবা ফংগদগেনে স্নুক চাওখৎলে মতমসিদা, হায়দি মী পুন্নমক মশাগী গ্যান লৈনরবা ঙাক্কনি ।

তোমচা: হায় অপঙবা, নঙসি মী ওইরোই, নংবু এম.এ: ফাওবা তমহনবসি কোলেজ অমত্তা য়াওদ্রেনে হা: !

দেবান : কোলেজ মচা অমা লিংখৎলে ওজা, কেরানী খর লৌবগী নমাদা লুপা লাখ খর খোমগৎলে, ইডুকেসন দিপার্টমেন্টকা মান্নহনা গ্রান্টকী শেনফম খরগা হৈন্নরে পাবুং হোতেল্লদা, লৈপুং ফম্বদা, ঐখোয় খাইগী খর মচীন চৎপা, ক্লবকী করিগী মীওইশিং, লাইরিক লাইশুদা মতিকচারবা মাম্মা চন্দ্রমোহন, অঙাং মচা, কুমার মখোয়নদি লোইরে পাবুংবু ঙাংনার

তোমচা: ঙাঙনজসন্নু । মখোয় পুন্নমক নোংমা মমায় মনায়হনদা চামচৎপী নোটনা সেৎ-সেৎ থারগা ঈখোঙদা তুহনগে, কয়াম কুইবগে য়েংঙুনে । মহনা হেন্না তোংজগদৌরিবনি ।

দেবান : কমদৌনা ?

তোমচ : ইসে নপাবু য়ারমদবা থৌনা-থৌনা হায়রম্লশিংহনা ঐঙোন্দা চঙজরকপা মতমদা মীনা করি হায়নি 'তোমচাসি লান্দি লান্দবজাৎনি, মাবু চৈরম্বশিংহু মঙোন্দা লোয়না চংজখ্রে ।" হৌজিক্কবু শেলনা ঙমদবা করি লৈরিবগোন হায় অপংবা ? শেন্দোং ফংদবা কারবারবু নপা ঐনা লৌগদ্রাঙ !

দেবান : অহুব সরকারদগী পীথরকপা জেনেরেটর, টী ভি, গোদরেজ অলমিরা, ভি আই পি ফর্নিচরশিং কোলেজগী মমল য়াম্নবা পোং ময়াম অমা ঐখোয়না লৌশিনখ্রে; সপ্লাইয়রশিংগা ইডুকেসন ডাইরেক্তরগা পাবুংগা মান্নরগা পোত্তি পীদনা শেল ময়াম অমা হৈনপোকখ্রে হায়রিবসিদি—!

তোমচা: হায়জসনো কল্লক্কনা তৌরিবনে, মখোয়না করি তৌবা ঙমগদগে । লৌশীল্লিবা ময়ামসি কনাগীনো ঐনা শিবদা

পুগদ্রাও নখোয়গীনে। মথৌ-লৈতবা মখোয় মঙা তরাণা ঙাঙনবত্ত তাকুন্নু! মতাং চাবদা ইপা তৌগে। লোইনা চঙজহনগে হায়রেদনা।

দেবান: অদুবু পাবুং মুন্নদি খননীংহৌকো! হান্নগী মথক্ত হৃদক ওজা তরাতকুক লোবসিগী রানা অমুকা পুমনিল নীল্লনানি।

তোমচা: নিলসন্নু ঐখোয়গীদি লায়রদনা লাইনা শীনবফাওবদা পেন্নং-দ্রিবনি। অদুগী শরুকপুদি নমান্নবশিং খোংজিন তাশান্নং-নংগী শক কেঙবদো মফম মতম যেংঙও খর হৌ।

দেবান: পৈশাশিংসে ঐখোয়গী অশেংবা হুমাংমন্দি নক্কো! কোলেজসিগী মরল ঙাক্তুনি।

তোমচা: হোয়নে অপঙবগী মরন্দি অশিংবনা খর কান্নবা তারেদনা। কোলেজসিদা এম: এ: ৬০, কেরানি, গ্রেদ ফোর পুন্না লাইব্রিক হৈবা মরিফুরোম চহী মরি মঙাদং কারবার তৌবদা শেন্দোং ফনা য়ান্না ফংঙেদনা, ঐখোয়গী ইমুংসি মা ংল্লে হায়বা। কেন্দ্রসিগী মীওই লিশীং কুনমুকসি চহী মঙা কারবার তৌবদদি কয়াম কান্নগনি, কয়াম তো জনি! নংবু এম: এ: দা অঙ্গনি হায়বদাইনে, খোংন্নুনে শেন্দোই শেল্লেপ হায়বা অমা তমদব্রাও নখোযবু! অপঙবসিদি। ঐনা নখোয়দৌনা ইহৈ হৈরম্মুদনা খংঙোইদ্রাও!

দেবান: হন্দক্তি ভোটসি পৈশা ঙাক্তনস্তু য়ারক্তবা য়াই। পাবুংগী পৈশাহুনদি।

তোমচা: ইবুংঙো দেবান নঙনা ঙাঙথোরকপসি ইপাগী মাইয়োক্তা ঙাক্তা ওইনা তৌইদা।

দেবান: অশেংবনি পাবুং, মীয়ান্না পান্নরিবসিদি থম্মোয় শেংনা মীয়ামগী সেবা তৌবা মীশক্তুনি। ঐখোয় লৈকায়গীস্তু মথাগী মাম্মা ইরাবোতনি কেন্দ্রসিদা পানরিবসি। মশাস্তু এম: এ: নি থম্মোয় শেংনা মীয়ামগীদমক কংথোক্তনা হোংনৈ। মখোয় পার্টিস্তু কইজররুবনি।

তোমচাঃ পুন্নমক ওইজসন্নু ইপা তৌগে য়েংঙো, নংদা ইপানা হায়বা ইল্লো, পুন্নমক প্লান লোইরবনে ! লাইরিক ময়েক চত্তবা নপা ঐগী কোক্কী লৌশিং খঙলক্কনি ।

দেবান : মীনদি মাম্মা ইরাবোতংি অন-কন্সেষ্টংা কারনি ।

তোমচাঃ মতুদনিনে নংবু বুত্থু হায়রিবসে, হৌজিকপু অন-কন্সেষ্টংা ভোটকাবা অরায়বা থবক্তাও, মতু শুকওই ওইথোক্লোই । কেন্দ্রসিগী ইপানা হায়রীবসিনি ঐনা শোয়দনা কাগদবনি ।

দেবান : শেল তিংলগা েোক্কনিকো পাবুং ।

তোমচাঃ অপঙবা ( মী য়েংই ) হৌজিক্কী নহারোল শেল পীরগা য়াবা শেল পান্বা খরদা লুপা লিশীং য়াম্মৈদং খুৎলাই অমগা শং পীথোকপদা মরু মঙা শুনা চঙগদবা নত্তে । অন-কন্সেষ্ট তাবা েরবদি নপা ঐনা তাগদবনি ।

দেবান : মাগীসু মচান্নুপা প্রেমজিৎ ঙাসগী মণিপুরদা লাইরিক-লাইশুদা মমিং চংশিনবনি । মতৌক চাথবা ফত্থবা মীশক্তং, হন্দক্কী ওজা খনবদসু হায়রীদে । মসিসু য়াম্না লানখ্রবনি কৈরোই-লৈকায়সু ওইবা ।

তোমচাঃ খঙহল্লিবনি । ঐগী মায়োক্তা অতুন লৈরগদবা মীওইশিংতুদি কৈদোনা শেম্মুনি । কোলেজদা মখোয়গী সোসিয়েলিজমগী থিওরি তৌশীন্দুনা হেন্নতুম খুদোং থীহনগনি । অতুগা মখোয়দি পৈশা পীয়ু হায়সু য়ারোই । হৌজিকপু মতিক-চাবা চাদবা, লাইরিক ফবা ফত্তবা করিনো ? পৈশাপীবা ঙম্বা, ঐখোয়না হায়বদসু য়াগদবা, তুংদা ঐখোয়গী মতেংসু ফংগদবা মতুতনি য়েংনরিবা । মহাক হাপহোদ্রে ঐখোয়গী কান্নগদবা মী হাপ্লে পৈশাসু লুপা লিশীং মরিফু ফংঙে কান্নদ্রাও ! শেন্দোং য়েংঙো, শেল্লেপ মাঙবা থবক তৌগনো । হৌজিক্তি পুকচেল শেংলবদি মাঙজবনে ।

দেবান : নহারোল ময়াম্নদি—!

তোমচা ঃ নহারোল ময়াম কৈদৌবা হা ? হৌজিক ইপাগী প্রো-গ্রাম নোংমা কাংব্রাও ? ক্লবকী ফংসন, মৈরা পায়বীগী, নিশাবন্দগী, শান্নবগী, মফম অমমমদা লুপা চামঙা/চাক্রক শৎ-শৎ পীনবদা লাকপীয়ুদনি হৌজিক। মখোয়গী কংতক্লনা য়ারকপ্রা হায়বা। কান্নদে নংস্লনি ভেন্দরদা খঙদে, কৈথেলদা খঙদে, হোটেলদা খঙদে নমান্নবশিং পুশিল্লু নোংমদা লুপা চামা চনি খরচ তৌবা য়ারে। ইপানা কাইরবনি। য়ু পাম্বদা য়ু, নম্বর ফোর পাম্বদা ফোর ভোট ফংলগা লোইরে, ভোট কাহৌরগা লোইরে মখোয় মাঙগে মাঙজসন্নু শিগে শিসন্নু। পঙগনো ইপানা ঙসি নঙোন্দা তাক্লীবসে লাইবানি। য়ুগসিদা মী ওইনবনি। কারবারদা শেন্দোং লৈনা হিংনবনি।

দেবান ঃ পাবুংগীসি অরোইবী য়োরবনিনে।

তোমচাঃ ফোল তাদবা অঙ্ক ইপা হোত্তে, ভোট শোয়দনা কাগনি, মন্ত্রি ওইগনি। মন্ত্রিস্তু ইতুকেসন মন্ত্রি ওইগদৌরিবনি।

দেবান ঃ ইংরাজি ময়েক অমফাওবা খঙদবা পাবুংনা;

তোমচাঃ ইংগ্রাজিনা মন্ত্রি ওইদৌবা নত্তে। হয়েং ইংগ্রাজিদা পাইব্রবা লাইরিক হৈরা-হৈরবা কয়া মকোক মকোক্লু নেক্লনা শীজিন্নরগা লোইরেদনা। ইপানা হায়বদা ইল্লু, নপা ত্রেগী হৈশিংবা য়েংঙু। নখোয়গী তুংগী লম্বীদা সনাগী কৈরাক থারম্নবা হোৎনরিবনি। নচলন্নুপীগা নখোয় অনি-তনিদনা ইপানা পোকপদি।

দেবান ঃ অতুদি ইবেম্মস্তু কৌথোকপা তারেদনা হন্দক্কী পরিক্ষা লোইবগা ইবেম্মস্তু ছুটী থোরক্কনি হায়।

তোমচাঃ মতু য়াদে। মহাক থোকহল্লকপা য়াদে। মণিপুরগী ঈরাং য়াম্না ফত্তে! দিল্লিদা অতুম লৈথহনগদবনি মাগী দরকার ওইবা শেনফমদো থাখো।

দেবানঃ ভোটকী মতাংদদি বীনোয়স্থ লাক্লগা কুপ্পা থন্নবা পাম্মীবা!

তোমচাঃ মতুগী মথৌ তাদ্রে। ঐ ভোট শোয়দনা লেপকনি, সরকার পায়রিবা পার্টিগী তিকেট শোয়দনা ফংগনি। ভোট কাগনি; ইহুকেসন মিনিষ্টর ওইগনি। ঐগী মায়য়োক্পা মীরেপ অমত্তনা মায়োক যাবা ঙমলোই মসিগী প্লান পুন্নমক লোইরবনি।

দেবানঃ অতুদি পাবুং ঐস্থ হেন্না কনশিনবা থৌরাং চংশীঞ্জরগে।

তোমচাঃ হো অদুনিদনা? তোমচা ঐগী ইচানবু অতুক কুইনা পঙথৈ হায়ব্রাও? নপা ঐনা মন্ত্রি ওইরগা চাউগদৌরিবসি নমা নচা, নচিন-নৌপা নখোয় নত্রাও? লাউ ইমুংদা পাঙথোকপা হৌগদবা থবক্কী মরমদা অচেৎপা ৱারোল ইপা হায়গে। নুংভাইরে ইপানা হায়বা ইল্লবদবু নখোয় মী ওইরোইদ্রাও? লাউ লাউ।

-ঃ চংমীন্নখি ঃ-

—(Short Interlude Music)-

## অনিশুবা উৎপা

মফমঃ— ইম্ফাল থানা

মতমঃ— অয়ুক্কী পুং তরারোম তাবা

মওংঃ— মতম মতমগা চুনবা এসঃপিঃ অমগী কা; ইন্দ্রজিৎ মাগী কাদা চে চাং খর শুড়না লৈ। প্রেমজিৎ য়াম্না নুংঙাইতনা চংঙকই।

প্রেমজিৎঃ সার অমুক্তা চংজরক্কে ?

ইন্দ্রজিৎ : য়েস কম্মিন! করি হায়নিংই ?

প্রেম : ঐখোয় পাবুংগী মীহাৎসি রাজনিতি মীহাৎ—

ইন্দ্র : রাট, একচুয়েল্লি পোলিতিকেল মর্দর্ন। অদুবু রুলিং পার্টিগী প্রেসিদেন্ট অর্মাদ সিংঃ এনঃ য়াওনা লৌত্তোক্না কন্না ইন্তরফ্যার তৌখ্রে।

প্রেম : মীহাৎ অসি খুরাইবুংঙো তোমচা ভোট কাননবা, অনকনতেক্ট তাননবা শীনবনি হায়বসি মীয়াম্না কন্না ভাংনরিবা রাকমনি। ঐখোয়না চিংনজরিবন্নু নসিনি।

ইন্দ্র : মীহাৎ অদুগী প্লান কয়াগী মতাংদা পুলিস দিপার্টমেন্টতা রিপোর্ট কয়াম ফংই অদু খুৎ থাবা ইভম ভমদনা লৈরবনি।

প্রেম : পুলিস দিপার্টমেন্টকীদি অচুম্বদু.........

ইন্দ্র : মদু চুম্মী। ঐস্তু অচুম্বা খরদি তৌনিংই। অদুবু হোম দিপার্টমেন্ট অসিমক পায়রিবা সিংঃএমঃনা কন্না খুৎ চঙবসিদা উপাই লৈতে।

প্রেম। পুলিস বিভাগতা মীয়ামগী থাজবতুদি ।

ইন্দ্র : হৌজিক্কী রাজনিতিগী ইথিল অসিদা থাজবগী মফমবু কদাইদনো পুলিসত নত্তে, দিপার্টমেণ্ট খুদিংমক্তনি ।

প্রেম: অতুদি মখা তানা পাবুংগী মতম্দা ঐনা অমুক ভোট লেপ-হন্নিংবগী লৈরিবা মীয়ামগী রাখল অসিদা সেকুরিতিগী মতাং অসি শাথীনা চিংনানিঙাইনি ।

ইন্দ্র : মতু অচুম্বনি । ঐখোয়গীদি নংগী প্রোতেক্সনগীদমক পীফমথোকপা সেকুরিতিগী ফোর্স পীবা য়াই । অতুবু মতুনা কদাইফাওবা মহৈ লৈনা কান্নগদগে হায়বতুদি হায়বা ঙমদে ।

প্রেম: মতুমদি অচুম্বনি । গনতন্ত্রগী মখাদা মীয়ামগী মীহুৎ ওইনা ভোট লেপচবা অমবু হাত্তোকপীর ! মীহাৎপশিং মশক খঙলে, শরৌ তৌরম্বশিং ময়েক শেংলে । অতুবু লৈঙাক চুকলি পায়রীবশিংনা অচুম্বা বিচারগী মতম্তা মীহাৎপশিংবু কনখৎপা হেন্না মথৌ হাপ্পা, মরাল লৈরবশিংবু দন্দি পীবীগদবা কাংবু-নফাওবা মরাল লৈবশিংবু কিরবা, মখোয়বু কনখৎপদা য়াওরবা ।

ইন্দ্র : লোইনমক চুম্লবনি । হন্দক্কী পাবুংগী কেশসিদা ভিঃআইঃপিঃ অফিসার খরদি শোয়দনা চেন্নবা তারবনি । মতুমক্তা হাকন হেমনখিবদগী ঐখোয়না খুং থাবা ঙমদ্রিবনি ।

প্রেম: ফারিবা নহাশিংতুগী জাবান—

ইন্দ্র : য়াম্না শেংনা হায়দোক্লবনি লুপা লিশিং য়াখৈ পীতুনা মখোয়বু নেকপনি । অতুবু ষ্টেটমেণ্ট পুম্নমক খোমগৎখ্রে । মখোয় করিমঙা খঙদে হায়না খুমহল্লে ।

প্রেম: ঐ ভাব তাজরে, অতুবু সারনা অঙম্বমখৈদি তেংবাংবীয়ু, রাফমসি লৈবাক্কীনি; তুংগী মীরোলগীদমক্কি; তংতু লৈতাবা সমাজ অমগীদমক্কি ।

ইন্দ্র : ঐ খঙই ।

প্রেম: য়াম নুংঙাইজরে, ঐ অমুক য়ৌরে সার ।

ইন্দ্র : ফরে ( তেলিফোন রিং খীংলকই; প্রেমজিৎ চৎখি রিসিভর

পায়খৎলি ) য়েস, ইম্ফাল এস: পি: .. .. .. য়েস সার.. ...
ঐ চখোকচরোই সার ............ সার রিসিভর থম্মী )
অঙকপনি ঙসিগী মণিপুর, চিফ মিনিষ্টরমক্তা মীহাংপশিংবু
অসিয়েৌনা অত্তাই ওইনা কনখৎপসিদি ।

ইন্দ্র : মন্তিকচাবা প্রমান পুন্নমক ফংহুনা ফারবা এন্টি-সোসিয়েলশিংবু হেক্তা থাদোকখ্রো হায়বা ঙম্বা । ঙসিগী সাশন মখাসিদা পুলিস দিপার্টমেণ্টনা তৌগদবসি করিনো ? মসিদবু মীয়ামগী থাজবা কদাইদগীনো ! কদাইদনো ঐখোয়না অচুম্বগী দমক চপচানা খুৎ থাবা, ঙমগদবসিবু ( তাঙ্খাসিদা কংগ্রেসকী ফিজোলদা তোমচা চংলকই )

তোমচা: এস: পি: সাহেব ঐ অমুক্তা চংজরক্কে ?

ইন্দ্রজিৎ: লেঙশীনবীরকউ খুরাইবুংঙো করি থবক্কীদমক চিনথ্রবা ইলেকানগী মতমসিদা ঐগী নাক্তা লাকপীরিসিবু ?

তোমচা: হৌজিক সি:এম:না ফোন তৌখিবহুগী মতাংদনি; ঐগী মায়-কৈকী ওইনা থবক অসি মায়থিবা পামদে অহুগা অংনা তঙাই ফদনা কেন্দ্রিদেট অমসু ওইরবনিনা · .........

ইন্দ্র : নেকপীরুবা নহাশিংহুনদি তশেং-তশেংনা লোইনা হায়দো-ক্লবনি । ইন্তরোগেসনগী চৈনাদা অখাকপা অমত্তা লৈত্রবনি । খুরাইবুংঙোনা পীবা লুপা লিশীং য়াঙ্খিহুনা মখোয়না য়ামহা মোতোরসাইকল অমা লৈ, মহুসু পুলিসকী কষ্টডিদা লৈরে । অতৈ পৈশাশিংহুগী শীজিন্নফমসু খঙলে । খুরাইবুংঙোনা হায়খিবা ব্রাফম কয়াসু লোইনা তহ্নে ।

তোমচা: অহুনি মখোয়গী ব্রান লৌবা য়াদে হায়হুনা সি:এম:না মখোয়গী ষ্টৈটমেণ্টহু ফাজল্লিবা । অহুবু পুন্নকসি এস:পি: সাহেবনা চানবীবদা লৈরে । সাহেবকীদমক লুপা লাখ অমতং—।

ইন্দ্র : এ: খুরাইবুংঙো ঐ মহু য়াজদে । অহুগা ব্রাফম অসি তরাই তরাইবসু ওইরোই, পার্টিগী ব্রাফম অমা লাকইবনি ।

তোমচা: ইবুংঙো ঐসু কেন্দ্রদা সরকার পায়রীবা জাতিগী থাক্তা লৈবা

6822/Manipuri



পার্টি অমগী মেম্বরনি। হৌজিকসু সরকার পায়রিবনি মখোয়গী দোননাওহুনা কৈদৌনি। মতুংদি ইবুংঙোগীদমক ঐখোয় চপচানা থেংনগে।

ইন্দ্র : খুরাইবুংঙো হন্দক্কীসি ঐদি খর চুম্না চথনিংই; নত্রবদি তুংদা লমদম্মরক্তুনা লৈবাক অসিদা অচৌবা শাথারবা মঙং অমা ওইরকপা য়াই।

তোমচা: হোমসু পায়রিবা সিংএমং মক্কী হুকুম ফাওবা।

ইন্দ্র : পুম্নমক ওইহুনসু।

তোমচা: লাল্লে খঙনা ইবুংঙোদা হায়জবনি; য়াবীত্রবদি ঐগীসু অঙম্না শক্তি শীজিন্নবা তারেদনা।

ইন্দ্র : য়াই ফগদবতু য়েংবীয়ু।

তোমচা: তৌনুদা ইবুংঙোগী এসংপিং ফমতু ওমর নংঙদা।

ইন্দ্র : ঐ খঙজে, মসি অফিসনি লেঙবীরো।

তোমচা: ইবুংঙোনা তান্দ্রবসু শোয়দনা চংকনি। অতুবু তোমচাগী ইতিকসু খঙবীয়ু। ঙাসগী নুমিত্তা ইবুংঙো করম তৌবগে হায়বতু খঙগনি [শাওনা চংখি]

ইন্দ্র : অসিগুম্বা রাজনিতিবালাশিংনা লৈবাক অসি পুরা লৈখাদা চিংথরেদকো! কৈ অচুম্বগীদমক্তদি থেংনবা তারেদনা—

(মতাংসিদা দেবান চংলকই)

দেবান : সার, ঐ অমুক্তা চংজরক্কে!

ইন্দ্র : য়েস, লেঙশিল্লকউ।

দেবান : দিপুতি সিংএমংগী চিঠিনি (পী, ইন্দ্রজিৎ লৌতুনা পাই)

ইন্দ্র : হৌজিক্তা খুরাইবুংঙো তোমচাগা বারোল পুম্নমক লোইশ্রবনি

দেবান : থেঙ্ক য়ু সার, সারদি অচুম্বা য়াম্না পাম্বা অফিসারনি খন্দুনা কদাইকদাই অমগা—অমগা কোয়চেন চেন্নবদা কয়া বারুরে, য়াম নুংঙাইজরে সার!

ইন্দ্র : ইবুংঙো হন্দক্কী মতাংসি ইয়াম্বা হন্দোকপা ঙম্মোই।

দেবান : (ঙক্না) হায়বদি!

ইন্দ্র : নহারোলশিংদুনা ইবুংঙোমক্তা জিপসিদা থোঙ্গাল কাওবা থিল্লম্মী হায়রি। মখা তাবদি ইবুংঙো প্রেমজিৎ, খুরাইবুংঙো তোমচা লৌখৎপা তারক্লিবনি।

দেবান : পুন্নমক অচুম্বনি সিংএমঃ দিপুতি সিংএমঃ অদুগা পার্টি প্রেসিডেন্টকী ৱাকম।

ইন্দ্র : মদু খঙই।

দেবান : মদুদা নত্তনা লাখ কয়ামস্তু।

ইন্দ্র : মীচঙ-শঙ্গল, শেলনা অচুম্ববু নমশীল্লগা মরাল লৈরবশিংব মায় পাকহনবদি ঐ ঙম্মোই, ঐ মরাল লৈবশিংবু দান্দ পীনবা পুলিস বিভাক্তা লৈরিবা পুলিস অফিসার অমনি।

দেবান : তাকপীরিবসিনদি ঐখোয়গী মায়য়োক্তা চপচানা লেপ্পীরগে সীনিনে।

ইন্দ্র : ইবুংঙোখোয়গী মায়য়োক্তা নত্তে, অচানবগী মায়য়োক্তা অচুম্বগীদমক্নি।

দেবান : সার তৌবীনুদা ঐখোয়দগীসু হয়েং মতম অমদা সারগী কান্নবা কয়া ফংবীবা য়াইদা! হায়জকম থোকই হায়হনা হায়জবগী ৱার্তানি।

ইন্দ্র : ঐ ইশাগী ওইজনামগী লাংদা মিত্তাদবা মীশক্নি।

দেবান : ঐসু তোমচাগী মচানি, ইশাসু এমঃ এঃ নি করি তৌবা ঙম্বগে হায়বদু য়েংবীয়ু।

ইন্দ্র : য়ারে লেঙঙসি, মসি অফিসনি, এসঃ পিগী কানি, ঐখোয়না তৌবা ঙম্বসু য়াম্না লৈ।

দেবান : ঐ খঙদে চচ্চরে (শাউনা চৎখি)

ইন্দ্র : ঙসিগী রাজনিতিৱালা, মখোয়গী মচা-মশুশিংসি খঙহনবগী তাঞ্জা অমদি য়ৌরবনিসে! অদুবু ইচা পিশকশিং অসিগী খল্লুবদা অফা-অপুন্নবা হেক-হেক লাকই।

(তাঞ্জাসিদা মচানুপী তমফা চহি১০/১১ রোমগী নুপীমচা স্কুল য়ুনিফোর্মদ স্কুল হল্লকপৈ মওংদা লাকই)

তমফা: ববা ববা ঐ হল্লকএ !

ইন্দ্র : (ওঃকেঃ কম্মিন) ইবেম্মা নং লাক্লব্রা ?

তমফা: ববা চাউবনা থেঙনা লৌবা লাকই !

ইন্দ্র : গারিত্থু ববানা থবক শীজিন্নরুবননি । হয়েংদৈদি ঙন্তা-ঙন্তা লৌহল্লরনিদা ।

তমফা: ববা য়েংঙো ঐখোয়গী মিস মেরীননে মঙোন্দা প্রাইভেট তমগে হায়বস্থু য়াই হায়য়ে ।

ইন্দ্র : তম্মগা লোইরেদনা !

তমফা: ঐ তমগেকো ববা !

ইন্দ্র : তমদৌনি । ইচাদি হয়েং পাইলোট ওইদৌরিনি ।

তমফা: পাইলোট হায়ববু করিনো ববা ?

ইন্দ্র : এরোপ্লেন থৌবা

তমফা: চো অত্থুদি তল্লি কৈস্থু থাংজিং চৌংদা থেংজিল্লগা শিবদা ।

ইন্দ্র : নঙোন্দদি কনানা হায়রিবা ?

তমফা: ওঃ মী লোইনা ঙাঙনবদো ! ববা আদা কাকা চাউবনা আইসক্রিম চাগে য়াদে, মীনা লৈরুগে হায়রগা থেঙথ্রে হায়ত্থনা গারি অত্থুম থোই ।

ইন্দ্র : এঃ ঈঙবত্থুদা লোক থুংনি তৌরিনি । ববাগা য়ুমদা হনখিবদা লৈরগা লোইরেদনা ! অতৈ অচাপোংকাস্থু য়াম্না লৈদৌরিনিদা।

তমফা: (অফিসকাদা কোইয়েং য়েলগা) ববা অসিগী নেতাজিসিগা নেপোলিয়নসিগা সিফাই ঙাক্তনিকো ?

ইন্দ্র : মানি । নেপোলিয়নদি করমহায় খঙইবা ?

তমফা: মিসনা তাকই লাইরিক্তা য়াওয়ে । অদো মখোয়নিবু কনানা হেন্না চাউবগে ?

ইন্দ্র : অনিমক অচৌবা মী ঙাক্তনি । অত্থুবু নেপোলিয়নদি নিংথৌ-রেলফাওবা ওইখি ।

তমফা: ঐস্থু হয়েং চাউরগা নেপোলিয়ন্দগী হেন্না চাউবা সিফাই ওইগেদো ববা !

ইন্দ্র : ওইদৌনি। অদো পারাদি করি ?

তমফা: অদুবুরাও (রাইম অমা)

জোনি জোনি

য়েস পাপা

ইতিং সুগর

নো পাপা

তেল্লিং লাইজ

নো পাপা

ওপন য়োর মাওথ

হা:...হা:...হা:...

ইন্দ্র : ভেরি গুড ! আইসক্রিমগসু লৈরদৌনি চংসি য়ুমদা ;

—: (চংখিবা) :—

—(Short Interlude Music)

## অহুমশুবা থৌংগা

মফমঃ— লম্পী

মতমঃ— নুংথিল

মশংঃ— ঙসিগী সনাজসিগী খমাংগনা ফজরবা লম্বীগী দৃশ্য—।

সনাজাওবা, তোম্বা খবর অমমম পায়দুনা হারী শাদুনা লাকই।

সনাজাওবাঃ তোম্বা ভাই পৈশাগী শক্তিসি হাইফেং কনবজাংনিকো?

তোম্বা : কনবা হায়ববু খুরাইবুংঙো তোমচাওম্বনা লম্বা য়াওদনা ভোট কারে; ইদুকেসন মিনিষ্টর ফাওবা ওইরেদনা।

সনা : মাগী মায়য়োক্তা কনামত্তা লেপ্পা ঙমদে। মরীংজেল মথৌনা ফবা খুরাইবুংঙো ইরাবোত্তু লোইশিনখি। থঙনা-থঙনা করিম্থু তৌবা ঙমদ্রেদনা। কেসতু মনা মনিল নাইথিদ্রে। হৌজিক মন্ত্রি অমুক ওইরবনিনা কৈদৌরুনি।

তোম্বা : বুদ্ধি কৌবা দাক্তর অমস্থু লম্বা তৌনি হায়দুনা ফনয়াম্না মুকঅম্বনি অহুবু লুপা লাখ অমা পীবদা অহুম তোকখ্রেদনা।

সনা : কান্নদে ঐদি মতমসি য়ৌরকঅদি খুরাইবুংঙো তোমচাগী মতুং ইল্লগা কারবার হৌরদৌনি।

তোম্বা : করম্বা কারবারনোনে মচান্নুপা দেম্বান হায়দুনা মপানঃ মন্ত্রি ওইবৈদদি হান্নদৈ তাখৎপৈ মথক্তা কেওবদা লোইরেনাঃ

সনা : এঃ দেবানগীদি থুংলি থঙই মাগীদি খর থাগংশন্নবা লেইরে।

তোম্বা: পৈশা তানবদি মাস্থ মপাই মচানিছৈ।

সনা : অদুই বাদি কোলেজগী ওজাশিংদু অমুকস্থু সরকারনা পুরা লৌশিলহল্লনি হায়দুনা অমমমদৈ লুপা লিশীং মঙা মঙা লুপা লাখ অহুমলোম ইকোম কোননা খোমগৎখ্রেদনা।

তোম্বা: অঙকপনিদা, তোমচাগুম্বন ইডুকেসন মিনিষ্টর ওইবা, মহুদা য়ারিবা পার্টি, পার্টিগী সিংএমং, লাইরিক লাইশু হৈরবা এমংএলংএ ময়াম।

সনা : পুম্নমক্কো পৈশা, লুপানা লুপানা! কান্নদে উপাই থিদি পৈশা তানসি হায়রীবসিনি। হিংলিঙদা ঙম্ববা খ পা চন্নহৌরগা লোইরে। পুম্নমক কারবার ঙাক্তনি।

(তানজাসিদা প্রেমজিৎ লাকই)

তোম্বা: প্রেমজিৎ, কদাইদনো নংবো?

প্রেমজিৎ: ঐ ইডুকেসন দাইরেক্তরগীদা অমুক্তা চৎচগে তৌবনি তাদা।

তোম্বা: অরুবা থবক্রনে? ঐদু দাইরেক্তর পাইতে অমুক্তা উন্নগে থল্লমলিবনি।

সনা : দাইরেক্তর পাইতেদি খুরাইবুংঙো তোমচাগী রাট হেননিঃ মহাক্কা হায়বদা য়াদবা লৈপোৎ নত্তে।

তোম্বা: কারবারগী খোঙবুনিদনা অদুবুদি!

প্রেম: অচুম্বনি, ঙসিগী ইডুকেসন দিপার্টমেন্ট অসি মীওই খরগী শেন্দোং তানকম ললোনফম ওইরবনি। ওজা পুম্নমকসি কারবারগী পোগা চপ মান্নরবনি।

তোম্বা: অদুবুদি ঙসিগী ওজাশিংসিদি পুলিস ফাওবনা লম্বীদা য়ুনম খিক্তং নম্বদা লেম্না থাদোক্তে হায়রীবনি। ফাবু ফারবদি খরদি হেক্তা শোয়দ্রবা।

প্রেম: তাদখোয় বারৌদি য়াম শুংঙাইরি অদু …………

সনা : নত্তে নংবু করম-করম তৌরিবগে? খুরাইবুংঙো লৈখিডে-বল্লিনা ইমুংগী ভারদি ইনাওনা অয়াম্বা পুরম্নি।

প্রেমঃ হোয়

তোম্বাঃ ইচলনুপীনা করি তমথক্রে ?

প্রেমঃ মহাক মণিপুর য়ুনির্ভসিতিদগী মাষ্টর লোইরে, অদুবু থবক্তি ইলেক্ট্রিসিতিদা মচা অমা তৌজরি ।

সনাঃ য়াম ফক্রে । নহাক্কীনা—?

প্রেমঃ ঐগীদি মতম খর দিল্লিদা লৈরগা আই:এ:এসকী কোচিং য়াওরগে খল্লী !

তোম্বাঃ য়াম ফৈ প্রেমজিং । ঐখোয়সু অঙম্বা পাংগে । খুরাইবুংঙোগী মীহাত্ত্ব য়াম্না পেন্নদে লৈবাক্তা লোইনা খঙনৈ । নংনা মায় পাক্লক্লবদি—

প্রেমঃ ঙসিগী মণিপুরসিদা করিবু তৌগবনো খঙদেদা তাদা ।

তোম্বাঃ অচুম্বগী মতম অমা শোয়দনা লাকখিগনি ইনাওসিদি, অরানবগী লোৎফম লৈরক্লবা মতমদো ঙাইবা তাবনি ।

প্রেমঃ লুপা, পৈশাগী মগুননা মীওইবগী অশেংবা মগুন্দগী হেল্লবা মতমসিদা—।

সনাঃ অদুগীদি মমিংফাও ইবা হৈতবা তোমচা ইচুকেসন মন্ত্রি ওইরেদনা !

প্রেমঃ অচুম্বা তৌনি, লৈবাক শেম্নী হায়চুনা চোংলম্বা নহারোল কয়া মসিগী মতাংদাদি কদাই চৎক্রে । লুপা, পৈশাগী শাক্তনা মখুৎ থৈক্রে, মচিন মেনক্রেদনা । শেনজাও পায়বগী মুরেং-খাওদা চঙক্রে ।

সনাঃ অদুনি ঐনা ঙসাইদে পুম্নমক কারবার ওইরম্মে হায়চুনা তোম্বদ হায়রম্মীবনি । প্রেমজিৎ হিংনবগী লানফমদা ওইজবা, শেন্দে : পামদবা লৈরমক্রেহে ।

তোম্বাঃ ময়া মৈহৌবা নহারোল মঙাতক্তক ইন্দক্কী এসেম্ব্লিদা কাবে খরদি তৌরকক্রা খল্লমী । কৈগু ঙনদ্রেদনা, মখোয়নকুন হেন্না মোৎশিনখ্রে ।

প্রেমঃ খাঙবা তারবনি তাদা ! ফরে ঐ অমুক্তা ।

তোম্বঃ চংনিন্নরসি ইমাখ্বনুং দাইরেক্তর উরদবা য়াদে !

সনা : য়োক্লরো মঙ্গোল ওইরকউ (জনিমক চংখি)

(দেবান শুট তাই, মনোক লেম্না থোরকই মাজাওবনু উশিন্নদে)

সনা : দেবান ! দেবান নংবুনিনে। (তাশীনদে) নংবুনিনে দেবান।

দেবানঃ ওঃ তা-সনাজাউবা কদোমদগীনো ?

সনা : দেবান, ইমাখ্বা হন্দকসি দাউ ইয়া য়াদে; শেন্দাল লম্বী তমা হোংডসিরা খন্দুনা লৈরম্মীবনি।

দেবানঃ হেবা ঐখোয় পাবুংনা মন্ত্রি ওইরেদনা ঐগী এজেন্ট ওইরে। পৈশাগী বাদি জম-জমনি।

সনা : মচুনা করম্রা ?

দেবানঃ করিগী ফত্তনি। মতৌ প্লান ময়াম অমসু লৈরি। ঐখোয়না পার্মিবসি তা-সনাজাউগুম্বা থবক ওম্বা মীনি।

সনা : থবক ওম্বগীদি খুরাইবুংঙোখোয় নখোয়না খঙঈবচুনি।

দেবানঃ অচুদি থবক হেক্তা হৌসি, হয়েং পাবুং মোরেদা টুর চংকনি। মচুদা য়াওশীনবা মোরেদগী হেরৌইন কেজিং কয়ানো অঙম্বত হেক্তা পুরকপা।

সনা : চুম্মী স্কোট য়াওরি, মন্ত্রিগী গাড়ীনি ফাবীনবা লৈতে।

দেবানঃ নে এরেন্স (লুপা পী) লিপাং তবানি।

সনা : (লোই, চুম্মী) সেন্দ্য দেবান ইপারোমদগী পুরোন তরেং, ইমারোমদগী পুরোন তরেংনা শাক্কি ওইসনু। ঐবু নখোয়গী খুংচাবী খুংলাই ওইনৌ, নয়াম্বগী থৌনা য়েংডনু পৈশাদ বাংহনগনু।

দেবানঃ চাসদগী হৌসি তাদা ঐ এসংপিঃ ইন্দ্রজিৎ লমন খুম্বা পাম্মী।

সনা : পাবুংনা মন্ত্রি ওইরে য়ারেনা ট্রানস্ফার, সসপেন্দ।

দেবানঃ মচু নত্তে।

সনা : অচুদি ?

দেবানঃ মাগী মচানুপী সেন্ট্রেল জুলদা তম্মী হুপীমচানু ফারগা লাক্ল দৌরিবনি। কামদে তা-সানাজাউ জিপসি থোবা ওম্বা নত্রা।

সনা : অতুবুদি ঙম্মী। অতুদা এসঃপিংগী মচাতুদি য়াম্না চেশীন্না। শেন্নরমগনি।

দেবানঃ শেন্নজসন্নু ঐনা থৌরাং পুম্বা শীন্নবনি ঙসি অঙাংতু লৌবা মখোয়গী ড্রাইভর চাউবতু থেঙঙক্কনি। এসঃ পিংতু পাবুংনা লাপ্পা পুথি। অতুগা তা—সনাজাউবনা ঐগী জিপসি এমঃএনঃজিঃ—১ ৩০৩ আদা লৈরে মসি থৌবিরকও। অঙাংদো লৌবা লাকপা ঙাইবা ওইনা শোয়দনা থেংনরগনি।

সন : কৈফে ইয়াম্বা য়ারে। [ দেবান হুঙ্গৎ-হন্দা চংলি, সনাজাওবা চংলি, হোর্ন খোংলকই, তমফা চেন্থোখোরকই ]

দেবানঃ নুপীমচা নং লৌবা গাড়ি লাক্লি—বরা ?

তমফাঃ লাক্লি !

দেবান : ঙসিদি মখোয়গী ড্রাইভর থবক অমা চংখ্রে ককা থীন—বীরম্মগে লাকও !

তমফাঃ য়াদে ককা চাউবা লাক্কনি।

(হোর্ন অমুক্কা খোংলকই দেবাননা তমফাবু তাপ ফাতুনা পুই, তমফা "ইমা ইমা" হায়তুনা চোংই। পুথ।)

—( Short Interlude Music )-

( মরিশুবা উৎপা )

মফম:— তোমচাগী য়ুম

মতম:— নুমিদাংৱাইরম

মওং:— ঙসিগী খুন্নাইসিগী মন্ত্রি অমগী য়ুমগী লৈতেংসিনি। বীনা থোরকই। ইহাও হাওবত্তুদা নুংঙাইজে মথন্ত!

বীনা: ঙসিদি ঐখোয় ইমুংসি চীত্রেদা; পাবুংনা মিনিটর ওইরকপদৈ মিকুপ কাংদনা ৱানোম্বা লাকপা মীয়াম্না খুরক হাউদবনি। ঙসিদি কয়াদা নুংঙাইরবা তুমিং ফাওবা পাইরদ্রে। পুম্নমক্কি নীংতম্বা ফংজরে।

( ঈশৈ শকই )

বীনা: পাইরকখিদ্রে লৈখোঙ শঙবা খোইমুদা
ঈংহনবীদ্রে নিঙোল থম্মোয় লকানুং
করম্বা বিধিগী করম্বা নোংদমনো
লৈতাদ্রে থম্মোয় পাঙ্গল শোনবীগী ॥

( ঈশৈগী মরক্তা সনাজাউবা চওলকই। তায়। ৱাখল নুংঙাইষ্ট নোকচৈ; অচুদগী ঈশৈ খুম্মকই )

সনা: নিংজবা ঈপাক্তা শাৎচবী
পাখংগী থম্মোয়বু শুমহৎপী
ইখোং থোংনা লাকচরে
নিঙোল পায়মা শেংলোনে ॥

বীনা: তামোসনা মতাং চাদনা কদাইদৈনো !

সনা : বীনা, থম্মোয়গী বীনা হয়েং ইনুং ঙানবদা পাবুং মোরে টুর—, নংগী তামো দেবান অদুগা ( কেথনা ) নংগী তামো সনা লোয়নগনি । অনৌবা চাঙখৎ থোরাং অমা পায়খৎকনি । হায়য়ু নংগী সনা কেজি কয়া পাম্মী ? হায়য় তাঞ্জা চারে ইচলগী কয়ানো নংগী তামো পুরকে ।

বীনা: ঐ পামজদেয়ে । লৈবাক্কী সেবা তৌরগা লৈবাক্কী রাথোক ওইনবা ফন্নবা থবক চখবদু ঐদি শুকয়া য়াজনিংদে ।

সনা : মতাং চাবদুগী রানিদা, মতাংবু চারবদি লম্বোইবসু শমজেং হুরাল্লি হায়বা রা লৈবনিদা হা করি হায়বগে ?

বীনা: লৈবাক্কীনি মীয়ামগীনি হায়জিন্নরগা ফন্নবা থবক কয়া চখনগী ঐখোয় পাবুং ফজফম লৈতে । ভোট কাজরবসু, মন্ত্রি ওইজরবসু মীনদি ফজনা ঙাঙনদে ।

সনা : মীয়াম্না করি হায় ঙাঙনরিবা ?

বীনা: মীওইবগী মিনুংশি; ধর্ম্মা হায়বদু মচেং অমবা য়াওদবা ।

সনা : কান্নদে বীনা, মতুদি কন্নক্না ঙাংনরিবনি । ধর্ম্মা, কর্ম্মা পুন্নমক অরেম্বনি; হৌজিক হৌজিকী নুংঙাইরগা লোইরে । মিনুংশি খঙবা ধর্ম্মা লৈবদু য়াদেদনা; ধর্ম্মা লৈদবা মিনুংশি খঙদবা মাখোয় পাবুংনা মন্ত্রি ওইরি, ঐখোয় পুন্নমক নুংঙাইমিন্নরি । সিদৈহেন ফবসিবু করিনো ? মীওইবগী পুন্সিসিমদি মৈরানবীগুম্বনে ঙাইহাক হিংঙমবা মতুদা নুংঙা-ইনা হিংদোকঅম্বা, ধর্ম্মা পুইন, মিনুংশি হায়বু নুংঙাইবদুনি । নংবু নশাগী ক্লাস চপচানা লৈরবনি, অদুগা অদুক য়াম্না গ্যান তাদ্রিবসিবু করিগীনো ?

বীনা: কলিদা খুদৈ কংদে হায়বা লৈরনিকো তা-সনা··········

সনা : কংদ-কংদ্রগা ইস্তি সং নাম্বোক্লগা লোইরে; সুক চাওখৎলদবু ।

বীনা: মীওইবসে চপ মান্নে শিরগা লোইনবা ঙাক্তনি ।

সনা : অতুনবু শিদনবা, অফ-অফবা, অহাওবা চাবা ফংনবা,

নিংথীনা লায়েংবা ঙম্নবা শেলয়াম তানশিনবা, চাহৌরা, থকহৌবা, সনা শিহৌবা সিবু ফত্রাও ? নত্তে মীনা তাম্নরিসিবু সি নত্রাও ।

বীনা : মৈরানবীনা মৈনি খঙনা-খঙনা মঙান্দা ভাওতুনা চোংশিনবগুম লন-থুমদা কল্লকুনা লৈবাক্কী মাঙনবা লম্বীদা চোংশিনবদি রাথল খন্থবা মীওই অমত্তনা তৌনদে । গ্যান লৈন্নবা মীওই ঐখোয়না তুংগী পুন্সিগীদমক খল্লস্থ খন্থবা কৈদা ।

সনা : পুম্নমক্তু খন্থরগা হোৎপা অঙ্কগী ফোলনিনে পাবুংনা ঙসি ইডুকেসন মিনিষ্টর ওইরিবসে । মতুংদা অমুক সিং এমং ওইনবা হোৎথরিব্বনি । নংনা ঐখোয়গী অঙ্কগী ফোলগসি ইরাল লালহনদোরে বীনা ।

বীনা : লাইবক ফবদগী হন্দক্তি পাবুং ভোট কারে । মতুংদদি অমুক কাবৈ রা খন্নীরুরনু তাসনাজাউবা ।

সনা : অদু ওইরদি হেন্না শিংবা তারিনে বীনা । মতাং চারিঙৈ মম্ভি ওইরিঙৈসিদা তানশিনবা য়াবা তানশিনহৌরদৌনি । মতুংগী খনবনবু নিংজিং-মাংজিং খর তোবগী রাংনি; অদু নত্রদি কৈদৌনি য়ারিথৈ ঙম্নীথৈ খোপচিলহৌরগা লোহরে ।

বীনা : তামোসনা পাবুংখোয় ঐখোয় তামোখোয় তামোসনাখোয় মান্নরগা চথরিবা ফত্রবা থবকশিংদো ঐ লোইনা খঙই ।

সনা : সিবু ফত্রাও, তুংগী খল্লনে বীনা ।

বীনা : কমদৌনা ফগদৌরিবা । লৈবাক্কী, মীয়ামগী; লমদমসিগী চাওখৎ থৌরাংগী, নৌনা হৌরক্লিবা মীরোলগী মহৈ মশিং তমজনবগী থারকপা শেনফম কয়া হুরানবা, ফত্রবা নম্বর ফোর ললোনতুনা লমদমসিদা শেনতানবা, শেঙ্গা-থুমজা করপসন্দা খুৎশাং থাতুনা লমদমসিদা মতীং লৈবা, অচুম্বা পাম্বা নহা কয়াস্থ নমথবা মসিবু লৈবাক্কী মপী-মপা ওইবগী লীচংল্লাও, পুম্নমকসে চাওখৎপা পাম্বা মীওই, নহা কয়ানা নিংথিনা খঙই । নোংমা নত্রগা নোংমদি শোয়দনা লমন খুম্নকদবা ভাক্কনি ।

সনা : কন্নানা লমন খুমদোরিবা ? ঐখোয়গীসু মরিল লৈরবা নহা কয়া লুপা চবুন-চবুন পীদুনা থম্মিবসিদি। মতুদা করিমত্তা চিংনরুম্নু বীনা শেলগী মীচং ৱাক্তবনিকো! পাবুং শেল ৱাক্তে, মী ৱাংপা হৌনদে।

বীনা: শেন্না, পৈশানা মেনবা য়াদবা তানজাসু শোয়দনা লাকনি তামো চেকশীনবীয়ু। মমাঙগী মোরে টুরদা নম্বর ফোর পুরকপগী ৱাথোক্ত নীংশীংবীয়ু। লোকেল পেপরশিংদা শিং শিংখৈ ইনগ্রিদুনি।

সনা : ইন্নরগা কৈদোনি, ইরুবা খবরশিংদু সরকারদগী ফংলম্বা এডভরটাইজ ককথৎলে, হৌজিক ফেরে-ফেরে হাইবা খবর য়াউরে।

বীনা: মতুগী মথাঙবা ফোন লাক্লোই হায়নিঙাই লৈতে। পাবুংগা সিঃ এমঃ গা লৌতুনরগা তৌথিবা থবক্ত পুম্নমক্কা খঙই। ছোম পায়রীবা সিঃ এমঃ ..... ......

সনা : কান্নদে বীনা পুমমক্কো ঐখোয়গীদমক্কি, ঐখোয়গী তুংগী ফিভম শেম্মীবনি। ফরে মসি তোক্লসি নং-এগী ওইবা তানজা ফংলিঙৈসিদা ইবানিগী মমাঙগী ৱাদু নীংশিংসি নংবু করিমগা থদ্রনে ?

বীনা: য়াম্না থল্লা।

সনা : অদুনি চপচাবা পাউখুমদি।

বীনা: মতাং চাবা তানজা লাকখিনি।

সনা: মতম অদো তানজা অদো ঙসি ওইহনবদি ?

বীনা: ঙসি নত্তে, মফম মতম শরয় খন্নবা ফৈ। কনানা খঙগনি .....

সনা: অস্তক চাক্লবা, কনায় লৈত্রবসিবো!

বীনা: নো নো য়াম্না লাম্না লৌবীরে, খুদোংচাবা ঙাক্কী নংঃ ৱাফমদু কাউথোকচহনবীংদবৈ ৱাতনি।

বীনা: ফন নত্রগা ফত্তনা শনবনা অমনি, তামোবুদি পুন্সিগী কাউজরোই।

সনা: থেঙ্ক য়ু বীনা । মহূতনি ঐগী লাইনিং ! মহূবু থঙ্জবদি ল্লাই, ঐ হয়েংগী প্রোগ্রামগী থৌরাং অমুক্তা শীল্লুখিগে । ঐ চৎলে, ঐ চৎলেকো বীনা (চৎখি)

বীনা: মী ফওবা হায়বসিসু লুখ্রবজাংনি ।

(মিনিষ্টর তোমচা য়াম্না মথা শাবৈ মঙংদা চংলকই)

তোমচা: হায় নখোয় কনা লৈ ! (বীনা উবদা)

মুপীমচা ভসিদি ইপাবু উন্নবা লাকপা মী অমত্তা চঙহল্লকমু ।

বীনা: হকচাং মুংঙাইত্রবরা পাবুং ?

তোমচা: ইপা মাথা য়াম্না শাখ্রে ।

বীনা: হোয় চঙহনজরোই । নত্তেয়ে পাবুং সরকার কায়গদৌরিব্রাঙ ।

তোমচা: সরকার কায়বগী ব্বা নত্তেদা ।

বীনা: সরকার কায়বগী নত্রদি করিগী অতুক য়াম্না মাথা শাদৌরিনো ?

তোমচা: হন্দক সেন্ট্রেল স্কুলদগী ফাখিবা এস: পি:গী মচানুপী তমক স্নাতু মিনুথোং মথাদা শিনা ফংলে ।

বীনা: অঙাং মুপীমচাতুবো !

তোমচা: হোয়নে, ব্রাথোক আসি অরাইবা ওহরোহদোর চেঙবা য়াংগী ব্বাফম লৈ ।

বীনা: করিগী এস: পি:গী মচানুপী শিরগা ঐখোয়গী ইমুংদা কৈদৌবগী চেন্নগদৌরিবনো ?

তোমচা: ওন্থোক্না পঙনা হোৎনখ্রে অঙাংশিসি ।

বীনা: কনাননো, কন্দৌননো হায়রিসিবু পাবুং ?

তোমচা: এস:পি:গী মচানুপীতু নংগী তামো দেবানগা, সনাজাউ ।

বীনা: অঙাংতুবো ! অতুনা ওইবা তাই তামো সনাজাউবনা ঐখোয় তামোবু য়াম্না কন্না ............

তোমচা: মিনুথোংদা মীয়াম্না ফিভৌ ফোহৌরে । অশিবা তুকচাংতু পুলিসনা পুবা য়ারোই হায়তুনা থিংহৌরি । লৈবাক ঙ্গরাং অমদি শোঃদ্রবনি । কাবু অমনা হয়েং ইম্ফাল সহরু বন্দ

কৌথ্রে। মীশিসি ভিঃ আইঃ পিঃ শিংগী খুৎ য়াওই হায়দুনা পুমনিপ্স নিল্লে। অমনা এসঃ পিঃ অমগী মচানি।

বীনাঃ অত্থুক তমথীবহুবু চত্থবা ঙম্লবা। ঐদি কম্না য়াজদবনি ঐনা হায়জবা অমতুস্থ তাবীদে। ফত্তবা লীচৎ কয়া অস্থম-অস্থম পাবুংনা লুপা কোকথোং-কোকথোং হৈজিন্দুনা ইনশীনবদগী তামোনা অসিয়ৌনা তমথীবা অমা ওইরকপনি।

তোমচাঃ লুপানবু য়ারবদি মোন কয়ানো ওল্লগা পীগে হায়রীবনি। অতুবু হন্দক্লীসিদি য়াগদবা মান্দ্রে। অমরোমদা ফন হায়রবস্থ এসঃ পিঃ অসি সিঃ এনঃগীস্থ মাগী মী ওইরিবনি। হন্দক্লা থোদোকসিমদি নং তামোস্থ..... .........

বীনাঃ ঐখোয় তামোনা হাৎপনি হায়বসিদ তশেংনা খঙলব্রা পাবুং?

তোমচাঃ তশেংনা চুম্লবনি।

বীনাঃ অত্থুক তমথীবহুদি করিস্থ খঙজদ্রিবা অঙাংহুবু।

তোমচাঃ মরমহুদি লৈ। নংদি খঙলোই। নংনা মপান্দা লাইরিক তমহুনা লৈরিদ্রেদা এস পিঃ ইঙ্গ্রজিৎকা মুক্রবা কয়া লৈথি।

বীনাঃ মপাগা মুক্রগা অঙাং-মচাহুদা। কাল্লদে পাবুং মীহাৎলুরবনিনা মীহাৎপৈ ফংফম থোকপা দন্দি অত্থু ফবা তাই।

তোমচাঃ (কল্লপ) মতু হেক্তা য়াব্রনে: পীনচা বীনা! নবুংগী মরূম থুপ্তুনা ঐনা ঙসি মন্ত্রি ওইরিবনিঃ লুপা খাউজাউ খাউজাউ মপু ওইরিবনিঃ নখোয় পুম্নমক মুংঙাইহল্লিবনি। নবুংস্থ মপা ঐনা মন্ত্রি ওইরি হায়হুনা তৌজরিবনি। হন্দক ইহুকেসন মিনিষ্টর ওইরিবসিস্থ নবুংনা লুপা লাখ কুনমঙা পুথোক্লুনা ওইখ্রিবনি। (তপ্তাসিদা মপান্দে)

মপান্দেঃ (গেট অমুক্তা হাংবিয়ু মিনিষ্টর অমুক্তা উন্নজগে?

বীনাঃ পাবুংদি হকচাং ঙমদহুনা লৈরে। ঙসিদি উন্নবা মুংঙাইরব্রোইগ্নে

তোমচাঃ মুপীমচা কনামত্তা চউহল্লকপা য়াদে। অত্থুগা নং তামোস্থ দিপুতি সিঃ এম্ঃগীদা লৈ হায়বনিঃ খর চেকশীন্না মন্ত্রিগী

গাড়ীদা সেকুরিতিগা লোয়ননা থিনবীরকউ হায়খো। চংলো সং লাকপস্থ খঙদে দিপুতি সিঃএমঃগীদা তেলিফোন তৌখো, পাবুংদি ঙমদতুনা লৈরে হায়য়ু। চংলো হায়রুরো (বীনা চংখি) পাবুংননি হায়রুনুকো। ওস্থোকপনিদা, ঐগী ইচানুপা দেবানসি ফন য়াম্না শিংই থনবনি, হন্দক্তি ওস্থোক্না পঙনা হেৎনখ্রেদা।

ঐবু ফম থাদোক্লগা মীয়ামদা চঙজবনা ফগদ্রা? মতুনা মথংদা ভোট কাবা ঙমগদ্রা? মতুনদি ওইরোই। ফম থাদো-ক্লরগা কদাইদগীনো পৈশা? হৌজিক্তি ফন হায়তুনস্থ মন্ত্রি ওইবা চহি ফাদ্রি লুপা ক্রোর ৭/৮ দি তাল্লম্মনি। মথংগী চহিশিংদা য়ামদ্রবদা ক্রোর কুনদি শোয়দনা তানবা ঙমগনি। অতুদি মথংগী ভোটতা ভোটর অমদা লুপা লিশীং অমমম লুপা ক্রোর তরেৎ ভোট লিশীং তরেৎ কাদনিঙাই লৈতে।

( বীনা থোরকই ) ফোন রিং তৌরকই ফোন পায়।

বীনাঃ পাবুং দিপুতি সিঃএমঃগী ড্রাইভরতু চাক চারি, শোয়দনবা অতুম থিলহল্লকঅগে হায়য়ে।

তোমচাঃ ইবেম্মা হন্দক্কী মতাংসি খরদি লুই ইপা খঙই; নংস্থ চেকশীনবা তাই। ইপা পৈশানা লাইবক য়েংবা তারে!

বীনাঃ পৈশাগী শক্তি ঙাক্তদস্থ পংথা থাজবীরুস্থ পাবু পৈশানা য়াদবা মতাংস্থ লৈগনি।

তোমচাঃ নংসি ৱা অমত্তা ফজনা তাঃনবা য়াদেদা নুপীনচা, ফরে চংলো পাবুংগী শঙ্গোম অমত্তা শেম্মকউ।

বীনাঃ শেম্মকে পাবুং ( চংগে তৌবদা কার হোর্ন তারকই )

তোম্বাঃ নবুং লাকঅমালে গেট ঙাংহল্লু, মী অটৈদি চঙহল্লকপা য়াদে হায়য়ু। নংনা চেকশীন্না চঙবা য়াবা য়াদবা মী য়েংগদবনি।

বীনাঃ হোয় ( থোকখি )

তোমচাঃ ঐগী ইচাশিংসিগী মপান্না ঐসি মী ওইরিবনিকো! ইচানুপী-শিংদংগা ঐনা শীনবদা, ঐগী পোরমদা হেক-হেক য়েংলিবাস য়েস্তুনা পাংশিল্লবদি হেন্না ফগদবনি।

( দেবান মথা শানা চঙলকই )

দেবানঃ পাবুং দিপুতি সিংএমঃনা হোরেল অথেংবদা মাগী বঙ্গলোদা লাকপীয়ু হায়রকই ।

তোমচাঃ অতৈ করি করিদি হায়রকই ?

দেবানঃ এমঃ পিঃসি হন্দক মুমিং মঙা তরানিগী মমুংদা চীংদা উগ্রুলদরা, সেনাপতিদরা ট্রান্সফার থাখিনবগী রাকম পল্লকই ।

তোমচাঃ অফবা রানি । দিপুতি সিঃ এমঃ সোংসোং অসি খরদি তানবা য়াবা মীওইনি ।

দেবানঃ পাবুং খর চেকশীন্না, শেল তিংবা কিদনা হোৎনবা অমা চঙই ।

তোমচাঃ নুপামচা হন্দক সনাজাউবগা নবান্নিনা তৌথ্রিবসি খর পঙমল্লি । গাড়ি নম্বরতুবু করম তৌনা খঙথ্রিবনো সিনি ।

দেবানঃ থি জিরো থি টু আইট জিরো আইট ওনবনি । তশেংনা খঙবদি ওইরম্মোই । গাড়ি মচু মওং অতুদগী খুদক্তা ঐখোয়গী গাড়ি থিরকখিবা লৈরমদবা কয়াতুদা চিংনবা লৈবদগী শাগৎলকপা ওইগনিদ, নম্বর শেমদোকখিবতু অতুম লৈরম্মী, করিস্তু মুৎলমদে ।

তোমচাঃ থবকসি লায়দেকো—।

দেবানঃ সিঃ এমঃ দা লুপা লাখ তরামঙা কুন্দি পীদবা য়াররোই পাবুং । অতুম্মা ঐখোয়গী ওইহল্লগা মখা চত্থবা তাবনি । পৈশাগীদি রাবীরুনু হয়েংগী মোরে টুর প্রোগ্রাম শোয়হনবীবা য়াদে । থৌরাং পুন্নমক শীনবা লোইরবনি । অঙম্বা চাংদা নম্বর ফোর পুরকপা হেক অফংবমথে লৌনবা গুহাতিদা কন্ত্রেক লোইনরবনি ।

তোমচাঃ পৈশাতুনা য়ারবদি ফৈ, নত্তুনা ঐবু মন্ত্রিদগী লৌথোক্কে হায়রকঅবদি·········

দেবানঃ হায়তুনা, পীতুনা য়েংবা তাই; য়াদ্রগা সিঃ এমঃসু মীনি, মাগীসু অরোইবা লখী পীনবা হোৎনবা তারেদনা, ঐগী নহারোল খোংবুসি থাদোক্লগা তানজা চাবদা এম্বুজ তৌরগা লৌত-শিনবা য়াই । মাগী মায়য়োক্তা কাউন্তর গ্রুপ অমা শাগংলিবা,

মতুগী লীদরতু ঐগী মরুপ্নি। ঐস্তু মখোয়গী থবক্তা লুপা মতীকচানা পাংলিবনি। পাবুংগী খুয়া তুশিংনবা, পাবুং লৈখিদ্রবা তুংদা নচাগী খোঙফম—

তোমচাঃ তঙাইফরক্তুবদি নপা ঐস্তু সিংএমংগী মাইয়োক্তা থবক কয়া তৌবা তারকপনি পাবুং মাগী সরকার কায়বা কায়দবা হায়বসি ঐখোয়দা লৈরবনি। মাস্তু, ঐস্তু মিনিষ্টর ওইদ্রবদি মাওমিগী হায়বগী থস্তবতনি।

দেবানঃ হোংনবা য়াবা হোংনবীবা তারে পাবুংস্তু। ঐস্তু ঐগী লেবেলদা হেক ঙম্বমখৈ হোংনবা, মতুগী প্লান তৌবা তাই। পুম্নমকসি ঐনা কোইচেন চেনবদা লায়না থোক্কনি।

তোমচাঃ নংদি থর চেকশীনখিবা তাই।

দেবানঃ অতু ওইরস্তু ঐগী রাইটহেন্দ সনাজাউবা লৈরি।

বীনাঃ (সঙ্গোম পুথোরকই) পাবুং শঙ্গোম লৈরে (পীবা)

তোমচাঃ নুপীমচা নং তামো সনাজাউবা লাক্লমব্রা?

বীনাঃ লাকঅম্মী অরুবা প্রোগ্রাম অনগীনি হায়তুনা চংখি।

তোমচাঃ মাস্তু মরৈ-মরা তৌগদৌরিবজাংলা—হৈ

দেবানঃ মানা কয়াম শিংতুনা ঐগী মায়য়োক্তা লৈবা ঙমগদৌরিবা, মাদি ঐনা থুদক্তা ........ ...

তোমচাঃ অতুবু চেকশীন্নদি য়েংবা তাই। মাবু য়েক্নবা ওইনা নাম্লোক-হনখিবদি শুকয়া য়াদ্রবনি। ঐখোয়গী পুম্নমক মহাক খঙলীবনি।

দেবানঃ মানা ঐগী খুবামনুংদৈ লিংকদবা মফম অমত্তা লৈতে।

বীনাঃ তামো মীওইবা হায়বসি মা-মাগী ওইজবা ফংলগা হরাওবা, নোকপা, চান্নবা মশানা তাবনি। থরায় অমা পাল্লিবনিনা মাগীস্তু তোঙানবা মশা লীংচমবা রাখল লোশিং লৈরমগনি চেকশিনবা তাবনি। ঐস্তু ঙসাইমখৈ তামোগা পাবুংগা ঙাঙনবতু তাজৈ তামো থবক ওইনা পাংগোকপা তারবদি পোং অসি লাইদবনি।

দেবানঃ ইবেম্মা, ঙসিগী খুনাইসিদা মীওই পুম্নমক ওইজবা তানবা ঙাক্তনি খুদিংমক্না খঙনরবনি । ঐখোয়গী তুংগী লম্বীদা খুরৌ চেনগদবা লৈরবদি পুম্নমক লোইশিনবা তাবনি । মতু ঙম্বা নবুংনি ।

তোমচাঃ হিংনবা পুন্সিগী লম্বীদা তিংখং-তুমবৌ খুদিংমক ককথং-য়ান-থংপা হায়বসি মীওইবা ঐখোয়গী ইথোদাংনি । নপা ঐগী অতুগা নশাগী লম্বীদা খুরৌ থাংগদবা লৈরবদি মতম লৈরিঙৈদা লোথোকপা হায়বসি তঙাইফদবনি । ঙসিদি নপাসু কেবিনেট মন্ত্রি অমা ওইরিদনা নখোয় গ্যান তাগদবনি । ইচা অনিগী লম্বী চাউনা শেম্মনগে হায়বসি ইপাগী লেংদ্রবা রাশক্নি ।

বীনাঃ তামো, শিবা নাইবা মীওইবনা তান্নরিবসি মীংচংনি অফবা থবক থরা তৌতুনা মীংচংকী উরোং খিল্লম্নবা হোৎনবা হায়বসিসু তঙাইফদে ।

তোমচাঃ অশেংবা তৌবগী মীংচংনা কান্নদে, শেনয়াম পায়বগী মীংচংনি হৌজিক্কিদি । রসিয়া কৈদৌখ্রে, ময়াম পুম্নমক মান্ননা সুংঙাই-মিন্নবনি হায়বা সোসিয়েলিজম, মতুগীদমক কখোকখিবা লেনিন মুর্তিকাওনা মচেৎ-মচেং খুগাইবীরে । কান্নদে হিংলিঙৈসিদা সুংঙাইনা হিংবা, হিংনবা হোৎনবা, তুংগী নখোয়গী নরন-নথুন রাৎতনবা য়েংহৌবা সিদনি । অতৈগী রা দরকার লৈতে । তুংগী মীরোলগী রা মরা লৌদে । কনানা খঙনি ঐখোয়সু মোংফমদৈ চিংথোক্তনা খোঙ্গাইনবীরবসু ।

দেবানঃ মতুনি পাবুং, ঐখোয় ইবেম্মদি অঙাংনি লৈবাকসিদা পোন-রিবসি হাক্না খঙজপোৎ নত্তেদা । মতম অমদা ভোট মতমদা য়ুমথোংগী চঙতুনা হামজনা, মীওই অমদা লুপা চামা লকু য়েকপী কৎপা অতুগা ঙসিনা নখোয়না ঐখোয়দা চহি মঙা তুরনা হায়জরবা লুপা লিশীং লিশীং কৎলবা শিদগী হেন্না তোংজনা শেন্দোং লৈবা কারবারসিবু করি লৈরিবগে । পংগল্ল নুপীনচা মীওইবদি কারবারনি, শেন্দোং তানবনি, শেরেপ মাঙনা হনা চুমদে, হনফামসু থোক্তে । কান্নদে ঐখোয়গী শেংইদগা লোইরে

বীনা: তৌরিবা কয়াসিনদি পাবুংনা মথংদা ভোট কাবসি.........

দেবান: হোয়নে কারবস্থু কাদ্রবস্থু হৌজিক ফম পায়রিঙৈসিদা লুপা ক্রোর ক্রোরগী খাউজাও লেপশীল্লগা লোয়রে। লৈবাকসে ওল্লবনি মীয়ামসে ওইজবা পাম্বা, ওইজবা থিবদা ঙাওচৎনল্লবনি।

তোমচা: নবুংনা হায়রিবসে চুম্লবনি।

বীনা: মদোমদা ঙাক্তা খনবীগনু, পাবুং মীয়ামগী শক্তি, মীয়ামগী জয় শোয়দনা লাকনি। অতুক মুংশিহৈতবা থবকপু তৌবা হৌনব্রা; মরাল অমত্তা লৈজদ্রবী মুপীমচাহুবু হাত্তোক্লিবসিবু করিগীনো; মতুবু মীওইবগী লীচৎলাও?

তোমচা: হায় হায় মরম লৈ, য়েক্লববু লমন খুম্বদা মিমুংশি দরকার লৈতে। মতম অমদা মখোঙ পায়দুনা হায়জরফাওবদা য়াবীখিদবনি, হায়ক্কে হায়বগী মতীক চাওথোকখিবনি, মতুগী লমন মচা কায়নরবা মতমদা মহাক খঙসনু।

দেবান: এস: পি: অমনি হায়দুনা হায়জরুবা ঐবু মাগী কাদগী মখোঙ থিন্দুনা তাম্থোকলকখিবনি, ইকায়বা পীখিবনি। কান্নদে নংনা খঙলোই ইবেন্মা।

বীনা: অদুবু এস: পি: ইন্দ্রজিৎপুদি কনানস্থু ফত্তে হায়নদে। চহি খুদিংগী মথৌনা লৈবা, অচুম্বা চৎপগী রিরাড ফংলি।

তোমচা: চপচানা থেংনদবা য়াদ্রবা মতমসিদা ঐখোয় অহুম রাজনিতি তৌনবগী দরকার লৈতে। ইপা অরুবা থবক কয়া লৈরি, মী খর উন্নদবা য়াদ্রে। নুপামচা নংস্থু অরোনবা মফমদুদা চৎখিবা তাই। পুলিসনা থিরকপদা ফংহনবা য়াদ্রি। নুপীমচা নংনা নথস্ত মুঙাইত্রগা ননে থম্বাল কৌরগা লৈমিন্নগেরা ইপা চৎলে, লাকও লাকও নিপামচা নংস্থু ইপাগী কোট য়াওরিঙৈদা খিল্লম্মগে। (তোমচা দেবান চৎখি)

—( প্রেমজিৎ চঙলকই (—

প্রেম: বীনা ওসিদি য়াম্না চীক্না লৈরম্মীদা। করম্বা অরা-অনা—

বীনা: তামো ইথা থাজদনা—!

প্রেমঃ পাবুংদি—?

বীনাঃ লৈতেয়ে করি তাকপীগদবনো—?

প্রেমঃ লৈবাক্কীদমক থনবদা মিকুপ অমফাও পোথাবা শংত্রবা পাবুংগা তওাইফদবা মরম শরদং তানজনিংবনিমা—

বীনাঃ ঐঙোন্দদি তাকপীরম্বা য়ারোইকো !

প্রেমঃ হায়বদি য়াই, অদুবু পাবুংগা হাকথেংননা ঙাংননিংই ।

বীনাঃ য়ারগদি ঐঙোন্দা অতুম তাকপীরম্মু কৈদোগে !

প্রেমঃ অতৈগী নত্তে এসঃ পিংগী মচানুপী তমফাসনাগী মীহাংকিদমক-

বীনাঃ মীহাংতুদা ঐখোয় পাবুংগদি—

প্রেমঃ মীহাংতুনা পাবুংগী শরৌদগী নহাক্কী তামো দেবানগী খুংনা-

বীনাঃ মতুদি তামোনা করম্না খঙবীরিবনো—

প্রেমঃ চপচাবা ইভিদেন্স পুম্নমক ঐগী খুত্তা লৈরে ।

বীনাঃ তামো ! হন্দক্কী খোঙফম অসিদদি—

প্রেমঃ মতু ওইথোক্লরোই বীনা !

বীনাঃ মতিকচাবা শেনফম—

প্রেমঃ অরানবা তৌবশিংদা পৈশানা ওম্বা য়াই অদুবু অচুম্বা অমগীদমক কথোকলিবশিংদদি কান্নরোই । বীনা য়ারেৌবা য়াদে নংগী শেংলবা থম্মোয় ঐ খঙই । অদুবু হন্দক্কী মতাংসিদি নংগী তাপাম্বদা নবুংনা নত্তেং পাংবা ওমলোইদৌরি ।

বীনাঃ তামো, তামোনা চানবীদুনা পাবুংগী ইজৎ অসি অমুক্কংদি

প্রেমঃ ঐস্তু ইপাগী ইজৎ ভাক্লবা অচুম্বগী শক্তি উংননবা মতম চঙনা লম্বী অসি খোঙ্গুল লীরক্লিবনি । ওসিদি লমথুংফম ফংলে—

বীনাঃ মচা অমা ওইনা পাবুংগী ইজৎ কন্নীংবসি নচলগীস্তনি তামো—

প্রেমঃ বীনা নংনা খঙদ্রে, ঐখোয় পাবুংগী মীশি মতুগী অশেংবা লংলা লংজিন, মতমতুদা নংদি মপান্দা তম্লি—

বীনাঃ করম্বা মীহাং, করম্বা লংলা লংজিন ?

প্রেমঃ মতুদি নখোয়গী পাবুং অমস্তং তামোদগী অশেংবা খঙগনি । মীহাংতুনা, এসঃ পিংগী মচানুপী করিস্তু খঙজদবী তমফাসনাগী

মীহাংকা মরী লৈনৈ; ইপা হাংখিবদা খাঙবা ঙম্বগী শক্তি লৈরম্মী, খাঙলম্মী. অতুবু অচুম্বগীদমক লেপ্পবগী এসঃ পিঃনা ঙসি মচা কায়নবা ফংবা, করিস্তু খঙজদ্রবী অঙাং অতুবু হাত্তোকপীবা. বীনা ঐবু কনামত্তনা থিংবা ঙমলোই, ফরে লৈহৌরো । (চৎখি)

বীনাঃ তামো, তামো প্রেম (তাম্নখি)

—( Short Interlude Music )

## মঙাশুবা উৎপা

মফমঃ — এসঃ পিঃ ইন্দ্রজিৎকী কা

মতমঃ — অয়ুক্কী পুং ১০ মুক তাবা

মওংঃ — এসঃ পিঃ অমগী চপচাবা কাগী লৈতেংনি। এসঃ পিঃ ইন্দ্রজিৎ রাখল যায়া মুংঙাইতনা হঙ্গৎ হন্দা চত্লনা লৈ। মচানুপী তমফাসনাগী খোঞ্জেল তারকই। মপি শিল্লে।

ইন্দ্রজিৎঃ ইপাগী ইবেম্মা তমফা, ইচাগীদমক লমনশিংবা ঙমদ্রি ইপানা তমফা নং ইপাবু ৱারৌব্রনে! নংবু সিফাই ওইগনি হায়রম্মদাই —(বেগ গ্রাউণ্ডদগী)—

(তমফাগী খোঞ্জেলঃ ঐস্নু হয়েং চাউরগা নেপোলিয়নদগী হেন্না চাউবা সিফাই ওইগেকো ববা)!

তমফা, ইচাবু লাকচ-থীনা তৌরীখিদকো! ঙসিগী শেনজা-থুমজা কয়াগী মরকসিদা করিনো ঐনা খুৎ থাগদবসি! মতম অমদা মহাক্কীদমক অততাই ওইনা থরায় ফাওবা পাম্মুদনা হোৎনখিবা; মহাক্কী সরকার শেম্নবা হোৎনবদা অরোন-অফোং শীজিন্নবা যাবমখৈ শীজিন্নহনখিবা অদুগা ঙসিনা মরাল লৈরবা মান্ত্রি মশেল কন্নবা হোৎনবদা ঐবু সিঃ এমঃ মশামক্তা উখ্রুলদা ট্রান্সফার থারবা। তমফাসনাগী তমথীবা মীহাৎকী লংলা লংজিল মাওহন্নবা হোৎনবা! লাকচনা তৌব্রেদা—

(প্রেম চংলকই)

প্রেমঃ সার অমুক্তা চংজরক্কে ।

ইন্দ্র ঃ এস কস্মিন ? প্রেম মথাঙাবা পাউ করি তারে ?

প্রেমঃ মখোয়গী নাম্বোক্লিঙাই উপাই অমত্তা লৈররোই সার ।

ইন্দ্র ঃ কেশ অসিগী মতাংদা হৌজিক মিনিস্ট্রীয়েল লেবেলদা অকনবা শাফু পীরে । হন্দক্কি সিংএমঃ স্থ মায় ওনখ্রে । সরকার অসিফাওবা কায়বা য়াবগী মওং লাক্লি ।

প্রেমঃ সরকার কায়খিবগা ঐখোয়গা মরী করিম্থ লৈনদে মহুদা ঐখোয়গী মাংজবা নত্রগা তোংজবা করিস্থ লৈতে ।

ইন্দ্র ঃ অদুবু মন্ত্রিশিংদদি লৈবাক্কী, মীযামগী অচুম্বগী রাফম পুম্মনক সরকার কায়বগী মতাং লাক্লবদি করিস্থ থওইদে । মখোয়দাদ পুম্মনক অরেম্বনি, সরকারনা মন্ত্রি ওইবনা খাইদগী অকুবান, মরু ওইবনি ।

প্রেমঃ হোয় মতুমদি অচুম্বনি সার । মাগীনা অচুম্বগীদমক মন্ত্রি ফম থাদোক্কে অদুগা ঐখোয়গীনা মন্ত্রিগীদমক অচুম্ববু নমথৈ ।

ইন্দ্র ঃ মতুদনি লুরিবসি; হৌজিক সরকার কায়বা য়াবগী মতাং লাকপদা মন্ত্রি অয়াম্বা তোমচাগী মীচংদা লেপ্‌খ্রে । মাগীদি অরোইবান, শিবা চওংগী রাফমনি । পেশা অসি হায়নাঙাই লৈতনা থাদ্দরি । অচুম্বগী মায়কৈদা খর লাউ খোংলিবসি ওপো-জিসন মেম্বর অহুমসিদ মঙাইরে ।

প্রেমঃ পেন্দি পেনখিদ্রেদা সার !

ইন্দ্র ঃ ঐস্থ হয়েংদগীদি অনৌবা পোষ্টিং মফম উগ্রুলদা চংলগনি । তমফাগী কেশসিদা ঐবু লাখ কয়া কয়াগী শেনফম উত্তনা প্রোমোসনগী রা হায়তুনা মন্ত্রি কয়ানা থেমখি । ঐ শুকয়া য়াদে । অতুদগী ট্রান্সফার অসি থোরকখিবনি ।

প্রেমঃ অস্থক ময়েক শেংনা ফংলবদবু করিগী পৈশানা ........!

ইন্দ্র ঃ তোমচানা মন্ত্রিশিংদি অমমমদা লাখ অমমম এমঃএলঃএঃশিংনা লিশীং য়াঙ্খো য়াঙ্খো, কেশকী আইও ফাওবদা লাখকী শেনফম য়োরে হায়বাস তারবনি । হৌজিক্কি ঐনা সিদা লৈরিবনিনা

মখোয়না ফন হোৎনহুনস্থ ঙমদ্রি। অহুবু ঐনা চৎঙ্গবা মতুংদদি আই ঙ শিং অসি লৈখিগনি। রিপোর্টকী মচাক হোংখিগনি।

প্রেমঃ মরাল লৈরবা, মীহাৎপশিংবু মতমচানা লাকশীন্ত্রবা, অচুম্ববু নমথরগা ফন্ত্রবশিংবু অস্থম অস্থম কনখত্ৰদা মাগী মাগী মীচং খোম্নরবদি ঐখোয়গী ষ্টেট অসি সার নোংমদি মীহাৎপুং অমা শোয়দনা ওইরক্কনি।

ইন্দ্র ঃ ওইরকপা নত্তে ওইরবনি। হৌজিক্কী কাঙলুপকী ঈরাং, হাৎনশুনবা কয়া থেংনরি। ঐখোয় খঙই মরাল লৈবশিং লাকশীনবা ঙমদে লৈবাক্কী লুচিংবা, মন্ত্রি, অচৌবা ফমনাইবা, রাজনিতিগী লুচিংবা মখোয় মখোয়না মাগী মাগী কাংলুপ, মীচং শেম্নহুনা ভাক্তুনা হেক্কা লৈরম্মী। এন্টি-সোসিয়েলনি, চপচানা তমথিরবা থৌদোক কয়াদা চেন্নরি। ক্রিমিনেলনি, ফারুরে, মতমচঙনা রানা; মন্ত্রি অমনা, রাজনিতি ঈথিন্দা মাগী মীনি থাদোক্তবা য়াদে হায়রক্কনি। উপাই লৈতে, অচুম্বা লৈতে।

প্রেমঃ লোকেল পেপরশিংদা ইনরিবা ময়ামসি তশেংনা চুম্নবনি।

ইন্দ্র ঃ হোয় অচুম্বা কয়া য়াউই; অহুবু মখোয়গীস্থ মীচং অমা নম্রগা অমা হেক্কা লৈরম্মী। খঙদ্রে নাকল অমদা একস্ট্রীমিষ্ট য়াদে মনুংদা মন্ত্রি; এমঃএলঃএঃ, রাজনিতি-রালাশিংনা অহুম শৌগৎ-লম্মী। মাগী মাগী গ্রুপ, ফাওন্দর পার্টি কয়া শেমহুনা অনগা অনগা য়ে থীনহল্লি হাৎনহল্লি। নাকল অমদা জাতিগী একটা; মনুংদনা এন্টি-নেসনেল ওইবা রাঙাং শাঙাং ইথিল-সিদবু করিনো তৌগদবা!

প্রেমঃ ঐখোয়গী নহারোলশিংস্থ চপচাবা খন্থবা অমদি চুম্নবনি। থম্মোয় শেংনা অচম্বগীদমক কখোক্পা তঙাইফদ্রবনি।

ইন্দ্র ঃ অহুবু কৈদৌনি অয়াম্বা নহারোলদি পৎ-পুম্নবা মন্ত্রি ফমনাইবা রাজনিতি লুচিংবা খরগী খুংচাবীনি। চীং-তম নহারোল পুম্নমক্কী ঈরাংসি মখোয়গী খুং য়াওরীবনি। লৈবাক্কী স্থক য়ায়া পেন্নদ্রবা মতমসিদা পেন্দ্রবা ময়ামসিগী হৌফম, শীনফম

ওইরিবা মন্ত্রি কয়া হাংখিবা য়াওরবগে ? মথৌ তৌজবা মখোয়গী হুকুম চংচবা পুলিন ফনয়াম হাংখ্রে । মীচম কয়াগী মপুন্সি লোইশিনখ্রে । প্রেম খঙদ্রে, মণিপুরদি থরদি রারগনি ।

প্রেমঃ মুপীমচা তমফাসনাগী রাথোক অমদি ময়েক শেংনদি লৈরবনি ।

ইন্দ্র ঃ অদুবু ঐনা হায়খিবদুনি । পুন্নমক্কা শেল, মীচং শঙ্গল, মন্ত্রি ফমনাইশিংগী চিরোলদা লৈখিবসিদা খুং থাবা ঙমদদুনা লৈরবনি । ফরে নহাক্কী ফাইন্দিংদনা কমদৌবা ?

প্রেমঃ ঐ ইশামক হেক্তা হকথেংননা উন্ননীংদুনা ইদুকেসন মিনিষ্ট্রগীদা চংচরুরে । উনরক্তে ! লৈরমদে মচানুপী বীনাতমক লৈরম্মী ।

ইন্দ্র ঃ মখোয় য়াম্না কন্না চেন্নরিবনি ।

প্রেমঃ চপচানা হোৎনরে হায়বসিমদি শেংলে । অদুবু ঐ মখা তাবা মচাক কয়া খোমজিন্নবা লেপ্তুনা হোৎনজরি সার । সারনসু লম্বী অদু তাকপীয় করি করি তৌবা য়াবগে হায়বদু ।

ইন্দ্র ঃ মদুবু চেকতি চেকশীনবা তাই । নংবুসু এটেম্পা শোয়দনা তৌরক্কনি । মখোয় অসে ফত্তবদা থম থেলবা চাওনি । মীহাৎপদা হালেংদবা, লৌনম নমথাক, করপসন, ব্লেক মার্কেট খুদিংমক্তা হালেংবা নাইদ্রবা, ইকাইবা খঙদ্রবা চাক্তান । তানা জা ফংলবদি মখোয়গী খুৎচাবী সনাজাউবা হায়বদু অমুক্তং.....

প্রেনঃ ঐ হোৎনজরি সার ! শোয়দনসু ফংগনি । সার ঐ এজসমেন্ট অমা

ইন্দ্র ঃ য়েরো । অদুগা প্রেম চেক্তি চেকশীনবা তাইকো

প্রেমঃ সার— ( ইকাইখুম্নবা উংলি )

ইন্দ্র ঃ চংলো চংলো ! ( প্রেম চংখি )
অঙকপা লৈবাক অমা ওইরেদকো মণিপুর । মীচম করিসু খঙজদ্রবশিংগী পুন্সি করি ওইরক্কদৌরি ? হিংবদা লুশিল্লক্লি । মীহাৎপশিংগী লৈবাক ওইরক্লি । রুল ওফ লো হায়বদু ওইরক্তে; রুল ওফ দেমোন্স, হিংচা-য়াইতম্বশিংগী লৈবাক ।

( রীতা হরাও-হরাও চংলকই )

রীতাঃ পাবুং অমুক্তা চঙজরক্কে !

ইন্দ্র: হায় নুপীমচা রীতা ! চঙলকউ, করিনো হায়য়ু, করি হায়নিংই ।

রীতা: পাবুংদা নচাগী নুংঙাইরবা পাউ অমা তমজগে হায়দুনা লাকচরিবনি, তামোম্তু পাবুংগী নাক্তা চংখিবনি ।

ইন্দ্র: নং তামো লাকঅম্মী, চংখিবদা মঙায়রি ! হায়য়ু ইচাগী নুংঙাইবা পাউদু—

রীতা: পাবুং ঐ আইঃ পিঃ এসঃ ফংলে !

ইন্দ্র: হাঃ আইঃ পিঃ এসঃ ফংলবা !

রীতা: হৌজিক্তা দিল্লিদা লৈবা ইমান্নবা সোমাকান্দুনা ত্রঙ্ককোল তৌরকপনি ।

ইন্দ্র: কংগ্রেচুলেসন ! নুংঙাইরে ! ইচা তমফা কায়নবগী অরাবা মরক্তা ইচা রীতাগী নুংঙাইবা পাউ তাবদা ইপাগী পোত্থাফম ফংলে ।

রীতা: দিল্লিদা পাবুং হুয়েংমক লাকউ য়াম থুনা য়েৌরক্কবা য়াদে হায়রকই

ইন্দ্র: চংপা তারেদনা ! ইপাম্তু হুয়েংদগীদি উশ্বলদা পোষ্টীং চংলগনি । ফরে হুয়েং চংনবগী থৌরাংদি কমদৌবা ?

রীতা: করিমতা তৌদ্রি । পাউস পাবুংদা তমজনিংদুনা হেক্তা চেঞ্জরক্রবনি ।

ইন্দ্র: অদুদি হুয়েংগী দিল্লি ক্লাইট তিকেৎ ফংনবা হোংনবা তারেদনা ফরে তোলফোনদা হায়বনা কান্নররোই পাবুংগা হেক্তা চংলসি । অদুনিদনা নুপীমচা হায়বদুদি ।

রীতা: খঙদে পাবুং, পাবুংখোয় শুাইগী গাইদেন্স মখাদা ফংজরিবনি ।

ইন্দ্র: গাইদ ফম ফরবম্তু মশাগী রিল, থৌনা লিংজেল, হোংনবা য়াওদনা য়াবা নত্তে । রীতা ( নুংঙাইতনা ) ননাগুনুপী তমফাম্তু সিফাই ওইনি হায়জরম্মীবনি । ( মপি তৈথোকই )

রীতা: পাবুং চপচানা লমন খুন্নবা হোংনবা তাবনি । নচাম্তু লাইবক ফরবদি—

ইন্দ্র: ফরে নংগী থৌরাং লোইশিলহৌদবা য়াদে । লাকও ইপাগা গারির্দা হেক্তা চংলসি ।

রীতা: পাবুং । ( অনিমক নোকমীম্নখি )

—( Short Interlude Music )—

## তরুকশুবা উৎপা

মফম:— প্রেমগী য়ুম

মতম:— নুমিদাংৱাই

মওং:— য়াম্না চম্বা ওফিসার অমগী য়ুমগী লৈতেংনি ।

—প্রেম রাখল য়াম্না নুংঙাইনা ।

প্রেম: ইচননুপী রীতাগী পোষ্টিং মণিপুরদা পীরকপসি ওন্থোক্লা হান চাথ্রে । পাঙথোক্লীংবা থবক খরদি শোয়দনা পাঙথোকপা ঙম্মগনি । ঐগী ইচলনা আই: পি: এস: অফিসার অমগা লেনজ-ওইরকপসি মৈতৈ নুপীমচাশিংগী মরক্তা থোইদোক্লা লেনজ-নীঙাইনি । নুংশিরকইদা অঙাং ওইরিবৈ ঐগী ইতুং কোক্টয়িন ইম্মরম্বা, চরা রানতুনা চামিন্নরম্বা, পাবুংদা, ইমাদা নিঙাই তৌরম্বা । ( নীংশিংলকই )

ঈশৈ: নুংশিরকইদা অতুবৈ চরা রাম্লিবৈ
নীংশিংলকইদ অতুবৈ ইতুং ইল্লিবৈ ।।

ইমা পাবুংদা নিঙাই তৌরিবৈ
শেংকে চাগে দাবী তাম্লিবৈ
হায়বা ইনবী পাখোন যাবী
লমজেল য়াঙবী লিংজেল পানবী ।।

ঙসিদি সাহেবা সলাম কোৎলনি
কোক্তা তুপি খোঙদা খোঙউপ
থৌনা হেল্লনি পাঙ্গল থোক্লনি
খুম্মনি লমন অচুমবৈ লমন ।।

প্রেমঃ (ঈশৈ লোইরগা মপি তৈথোকই, শোল্লি) মুংশিরকইদা। পাবুং লৈরম্নবদি কয়াদা হেন্না অমুক্কা মুংঙাইগবা। (বীনা চঙলকই)

বীনাঃ তামো রীতা য়ৌরক্তি বরাও ?

প্রেমঃ য়ৌরকঅনি ক্লাইটতি ঙসাইনা লাকখ্রে। মহাক পুলিস হেদ কাটরদা রিপোর্ট তৌরকঅগে হায়রকই। তেলিফোন হৌজিক্তা তৌরক্লম্বনি। লাউ ফমখোলাউ।

বীনাঃ ঐঙোন্দসু ঙরাং মুমিদাং ত্রঙ্কোল তৌরকপনি। ঙকঅমগে হায়ববু য়ুমলোমদা মুমিদাংরাই অতুম লৈরম্মো হায়রকই।

প্রেমঃ য়ৌরকঅনি। ঐসু ঙসিদি ওন্থোক্লা অরুবা থবক অমদৈ হৌজিক্তা হল্লক্লি। ঙকপগদি অমত্তা চৎপীদ্রে।

বীনাঃ সিঃ আইঃ দিঃ অফিসার হায়সিদি চিন্দনদ লৈরদৌপোৎনিদা

প্রেমঃ হা! ঐবো! কনানা হায়রিবা ?

বীনাঃ খঙজরে! তামো প্রেমজিৎ সেন্ত্রেল সিঃ আইঃ দিঃ ইন্সপেক্টরনি হায়বা ঐসু খঙজরে। নবুক লুবগী হৌনবা অসুক কুইবসে ঐখোয়দা খঙহনবীদবগী রাত্তনি। হো লোৎপা য়ারোইয়ে অফিসার সাহেব!

প্রেমঃ নত্তে বীনা মীগী বা লৌরুনু। ঐবু মুংশিদবশিংনা পঙহায় হায়জিল্লগা, মতুদা নং থাজরুনু।

বীনাঃ ঐখোয়না থম্মোয় শেংনা থাজবদগী থম্মোয়গী অনিংবা পুম্বা তেংথৈ হায়দোকচরুবা ঐখোয়দি অপঙবী তারেনে!

প্রেমঃ বীনা ঐ নংগী নফমদদি মীনম্বা, লৌনম, নমথাক অমত্তা তৌদ্রি। নংনা থম্মোয় শেংনবু নীংলবদি অচুম্বনি।

বীনাঃ তামো নঙুংলাংগীদমক খাঙলিবা পুম্বসে অরেম্বদদি তাহনবীনু।

প্রেমঃ মুংশিবগীদমক থরায় থাবা ঙম্মীঃ অপাম্বগীদমক শিবা কিদে; বীনা তশেংনা ঙসি নংনা ঐগী য়ুমদা লাকপনি, ঐগী য়ুমনি হায়চনা হায়বদি নত্তে অতুবু নংনা ঐগীদমক্তা কদাইফাওবদি কখোকপা ঙমগনি!

বীনাঃ থবায় থারফাওবদা কথোকপা ঙমগনি ।

প্রেমঃ মতম অমদা অহৃকপা থৌদাং নল্লরবা ঐহাকথক্কীদমক ঐগী অনিংবা থুংহন্নবা হোৎনবদা নহাক্কী থৌনা, লিংজেল কদায়-ফাওবা পুথোকপা ঙমগনি ।

বীনাঃ ঙসিফাওবা ঐবু স্কুক থাজদ্রিবা করিগীনো ? নোংমা শেন্দ্রা চীংগী চীংদোন্দা শাবী শানৌ কয়াগী মল্লবা শাখি ওইরিবা লোক্তাক পাংপু মাংদা থম্মগা নতম্বাবমস্তুদা ঋাশক্তুনা হায়জখিবত্থ কাউবীরব্রা ?

প্রেমঃ কাউদে; অদুবু থাজফম লৈত্রবা, হোংগল্লবী মুপীগী থম্মোয়বু করম্মা অরোইবা ওইনা থাজরগনি !

বীনাঃ মপুরোইবগীদমক থবায় কৎথবী সাত কয়াগী পুন্সি—

প্রেমঃ অদুবু বীনা, মালেম মানা লুম্বরা পলেম ইমানা মহেল্লি, কোরো নোংমদোল্লা রাংবরা পন্থো মানা মহেল্লি হায়বা ককপাদ্র য়াদ্রবা পাউরোস্থ লৈবনি ।

বীনাঃ মত্থ পুম্বা হয়েং থবক্তা শাক্তি ওইসস্থ । মুপী ওইবীগীদি মপুরোইবনা অরোইবনি হায়বসে কয়াম চুম্বগে হায়বত্থ য়েংবীয়ু ।

প্রেমঃ অশেংবনি বীনা ঐগী পুন্সিদা ঋাশক অমনা চেৎনা পুন্দনা লৈরি । ঋাশক অসি থুংদ্রিমথৈ ঐহাক য়ুম পানগে থন্দে ।

বীনাঃ ঋাশক অত্থ করিনো ? করম্বা মতমদা পাঙথোকপীগদোরি ? ঋাশক অত্থ পাংথোকপদা ঐহাকস্থ থৌদাং য়াজবা য়ারোইদ্রা ?

প্রেমঃ করিগী য়াদনি । অদুবু নহাক্কী নফমদদি তরাই-তরাইবা নত্তে । নংনা ঐবু নুংশিবগী, অশেংবা থম্মোয়গী মমল ঋাংখৎনবগীদমক শরুক য়ারুবদি য়াই । অদুবু মত্থ য়ৌনা নংগী থম্মোয়না থৌদাং য়াবা ঙমগদ্রা হায়বসিদি চপচানা হায়বা ঙমদ্রি ।

বীনাঃ মত্থ হায়বীগত্থ নহাক্কী নতুংইনজরিবি পুন্সিগী খোঙলোইপ্পি থনবীদুনা ইথৌদাং অত্থ পীনবীয়ু । নহাক্কীদমক কথোকপা ফংজরবদি ঐগী পোকচমলগী মহৈনি ।

প্রেমঃ ফরে বীনা ঐ নোংমা শোয়দনা হায়গেঃ ঙসিগীদমক্তী ঙাকপীয়ু মতমদু ফাওবদং ঙাইবীয়ু । ঙসি ইচলগী নুংঙাইরবা নুমিৎসিদা অরাবগী পোৎলুম থোংগৎনীংদে ।

বীনাঃ অদুবু ঙসিদগী খাংঙমদনা ঙাইবা হৌজরিবা নুমিৎ অদো ইকমদা য়োহনবীরকপা হায়বসিমদি কাউবীগনুকো ।

( রীতা আইঃ পিঃ এসঃ কী য়ুনিফোর্মদা চংলকই )

রীতাঃ ইচে বীনা ঐ ঙাইবদা য়াম্না রাবীরম্মনি !

বীনাঃ রাদেদা—

প্রেমঃ পোৎচৈশিংদি ?

রীতাঃ ঐগা লোয়নরকপা পর্সোনেলশিংনা পুশিল্লকহৌরে । ঐগী রিপোর্টকা লোয়না লোইশীন্নয়ে । হেদ অফিসতা ময়াম্না রিসিপসনসু পীবা অদুনসু সুম কুইনরকতবা । য়ুমলোমদা হাম্না লাক্কদবদু আদগী চেচাংসু লোয়নরকপা অদুগা সোমদগীসু ওকপীরগে । অদুদে অসুম চঙচুরবা ।

প্রেমঃ য়াম ফরে ! অদু নচেগা করি করিনো চামিন থকমিন্নগদবা !

বীনাঃ য়ারে, সুক নুংঙাইরদবে। করি অমুক চারুনিগে । রীতা অস নচোন্দা ওম্মোক্লা পকচগ্রেকো !

রীতাঃ অওইব্রনে ইচে ?

বীনাঃ সৈতা ।

রীতাঃ য়াদে করি করিসু চাখিদোনি অদুগা চৈতে পোৎচৈশিংসু য়াওরকএ, ইগুংদা চঙচুখিসি লাকওসে !

বীনাঃ হোয়নে হোয়নে !

রীতাঃ তামো ইচে বীনাসে হোরেন থেঙঙসু গারিদা খিনবীয়ু ঐগা রারি শাদো য়াম লৈ ।

প্রেমঃ হোয়নে হোয়নে ! চঙঙো চঙঙো করি করিনো চামিন থকমিন্ননবা ! ইমানসু ঙহাক লৈতথৈ হংলম্ননি ।

রীতাঃ তামোসু চথোকখ্রগুকো ।

প্রেমঃ চংথোকঅরোইদা (বীনা রীতা চঙখি)

(মথন্তা) — পাবুং, ঙসিদি নচাশিং সমাজগী মিরক তিনবা ঙমজরে। অদুবু পাবুংগী লমনদি করম্বা মতমদা শিংবা ঙমজগনি মতম অদুতবুনি নচানা ঈশ্বরদা থোনিজরিবা ! পুন্সিগী লুরবা তানজা অসিদা লুংশিবগী অরোইবা পরিক্ষাগী চাংয়েং অদু য়েংবা তারি। পুন্সিদা অরানবা অমত্তা তৌরম্লি পাবুংনসু য়ারনদে। অচুম্বা অদুগী মফমদদি ? অচুম্বগী লমনদি ? ঙসিফাওবদা পাংথোকপা ঙমদ্রি। থৌনাদি হন্দ্রি. হনসু হল্লোই, থেংনগনি। শোয়দনা লমন থুমগনি। অচুম্বগী জয় অদু উক্তনা ঙসিগী মীরোন্দা অনৌবা থৌনাগী মঙাল অমা পীথিগনি।

রীতাঃ (মন্নুংদৈ) তামো শঙ্গোমগা শেম্মে !

প্রেমঃ লাকএ ! লাকএ !

-( চঙখি )—

—( Short Interlude Music )

## তরেৎশুবা উৎপা

মফমঃ— ইন্দ্রজিৎকী কাং উগ্রেল

মতমঃ— মুংখিল

মওংঃ— য়াম্না চম্না লেনবা এসঃ পিঃ গী কা॰ ইন্দ্রজিৎ য়াম্না মুংঙাইতনা রাখল তৌদুনা লৈ ।

ইন্দ্রজিৎঃ ( পেন্দনা ) মরাল অমত্তা লৈজদ্রবী ইচানুপাবু অতুক তমথীনা হাৎখিবা। মীহাৎপস্তু মশক খঙলবা॰ মপা ঐস্তু পুলিস অফিসার॰ অতুগা করিস্তু তৌবা ঙমদনা লৈরবা ! পুম্নমক নমশীন্দুনা থমখ্রবা !

( বেক গ্রাওনদা ) তম্ফানা শকখিবা ঈশৈ নিংশিংলকই······

জোনি জোনি

য়েস পাপা

ইতিং সুগর

নো পাপা

তেল্লিং লাইজ

নো পাপা

ওপন য়োর মাউদ

হাঃ হাঃ হাঃ······

( রীতা আইঃপিঃএসঃকী দ্রেশতা প্রেমগা লোয়ননা চঙলকই )

রীতাঃ পাবুং। (তুপী লৌথোক্লনা পায়রগা ইন্দ্রজিৎতা খুরুম্মী)

ইন্দ্রঃ রীতা ! য়ারে য়ারে। করিগীনো নচিন-নৌপরামক পুন্না, করি তৌবা য়াওরে !

প্রেমঃ সারগা উন্নজনীংতুনা—

রীতাঃ পাবুংগা তানদবা য়াদবা খর লৈতুনা লাকচবনি। পাবুং উখ্রলসি কমদোবগে ?

ইন্দ্রঃ (শোর শাংনা হোন্থরগা) নুংঙাই হায়বা ভাই ইচাশা হৌজিক্কী মতম অসি ফত্তবশিংগী মরক্তা তিন্দ্রবদি য়াদ্রেহায়। ইচুম চুম্নবা নখোয় ঐখোয়গী থবক পুম্বতু অরেম্বা তারেদনা।

প্রেমঃ সার করিগী অরেম্বা ওইরুগদগে। অচুম্বগী মশক কয়ামকুইনা লোক্লনা থম্বা ঙম্বগে হায়বতু য়েংখিবা ভাই। থৌনা অতু হনজদ্রি সার।

ইন্দ্রঃ ভোরি গুদ ! অতুনি নুপামচা অমগী থৌদাং। হায়যু মথা তাবা কদাইফাওবা থুমাং চাওশিনবা ঙমলে ?

রীতাঃ ঐস্থু পাউ পুম্নমক তাজরে। ফাইলশিং লেইনা থিগঙ্গনা ঐদ তৌবা হৌজরি। ভমফাসনাগী মীহাৎ লেম্নামক থক থারোই।

প্রেমঃ লৈবাক শীনবা থুংনা খঙনরবা, মীপুম খুদিংমক্কা নুপী, অঙাং ক্লব সংস্থান; মৈরা পায়বী; ছাত্র নহারোল কয়ানা মীহাৎপা দন্দি পিয়ু হায়তুনা আন্দোলন কয়া তৌরবা, অতুবু সরকার অসিনা তাশিন্নদনা মীহাৎপশিংবু লোংশীন্দুনা থাম্ম।

ইন্দ্রঃ খঙদ্রে ভসিগী মণিপুর মীহাৎ অনম্বা ওসিফাওবা লৈবাক মীয়াম মমাঙদা দন্দি পীখিবা, ফা পুন্দুদা রারকখিবা লৈত্রে।

রীতাঃ পাবুং ঐস্থু থবক পূবদি কুইজদ্রি অতুবু ওস্থোকপা থৌরাং ঙাক্তা থেংনজে। নাগা, কুকি, মৈতৈ পাঙল—অফিসিয়েল মরকসিদস্থু নাকপাক-নাকপাক্লি, মাগী-মাগী মীচংদা লোয়না হাকন চংনৈ। অচুম্বা, অমত্তা ওইনা তান-তীরুবগী রা য়াদে। পুলিস দিপার্টমেন্টকী থবক মতৌ পৈশাদনি, অচোপ অরেম য়েংদে; মন্ত্রি মথক থোংবা অফিসারশিংবুদি হায়া বিনৈ লানবা চুম্বা মখোয়না হায়বদা সার সার হায়তুনা ইল্লি। মীচম চুম্না চৎচবশিংবুনা শাথবনগুম্না য়েংবী। মসিনদি লৈবাকসি

য়াওরকই। মীয়ায়া পেন্দবা হেল্লকনি। পুলিসকী ইমেজ হৌজিক থীরিবসিদৈ হেন্না-হেন্না থীজিল্লকনি।

ইন্দ্র: চুম্মবনি। মতমচানা অফবা অচুম্বা লম্বীদা সোলুসন পুরক-হৌদ্রবদি লুরবনি।

প্রেম: নাগা কুকি, মৈতৈ পাংগল, মমৈদদি মৈতৈ পুম্নমক্কা ওনশীল্লকপা।

ইন্দ্র: করপসনগী লৈবাকসিদা কমদৌনি। অরাংবা থাক্কী সিবিল সার্ভিস কেদর কয়া এস-টী, এস-সি কোতাদা লোইরে, মৈতৈনা জিরোদা মসি ঐগী লনাইগী পেন্দবা হায়বত্তুনি অত্তুবু লুদি লুশিল্লকঅবনি। ফরে ঐখোয়গী পোইন্টতা লাকঅসি মথা করিনো হায়য় প্রেম?

প্রেম: চৎনরিবা আইন, সরকার লৈঙাক অসিনা তমথীরবা মীহাৎপশি বু দন্দি তৌবা ওমদে। সার ঐদি অচুম্বগীদমক কথোকপা ওম্বা মথৌনা লৈরবা নত্তারোলগী খোংবু অমদা য়াওশিল্লগা চপচানা লমন শিংলগে নাংলে।

রীতা: মত্তমকস্তু কেরিগ ওইমল্লি তামো!

প্রেম: মত্তু নম্না করিদি ওম্লি? চহী মঙা শুরে ঐগী থবক অচুম্বা অমত্তা পাংথোকপা ওমদে। ইপানক হাংখিবা মীওই শরৌ শানখিবা তোমচা, ইচন তমফাসনা হাংখিবা তমথীরবা মন্ত্রিগী মচা নরি তৌবা ওমলি? সিবু মপু পাল্লিবা লৈবাক্তা আইন লৈরিব্রা?

ইন্দ্র: ইচাগী রাখল ইপানা লাল্লে হায়বদি ওমদে অত্তুবু রীতানা হায়বগুম্না থর থম্বদি চুমই। ঐস্তু ইচানুপীগী লমন শিংনিংই, নংস্তু নপাগী লমন শিংনিংই, ঐ খঙদবা নত্তে।

রীতা: লোইনা খঙন-উনরবা ওাত্তনি। মফম মতমগী বাতনি। এসেমব্লিগী টার্ম লোইশিনখ্রে। ইলেকসন লাকঅনি। মীয়ামগী অশেংবা সেবা তৌনিংবা, অচুম্বা খুঙবা কাংবুস্তু লৈরিদনা য়েংবা তারিবনি। ঐখোয়স্তু মরাল লৈরবশিংবু দন্দি পীনবা লৈরিবা দিপার্টমেন্টনি। হোৎনবা তাই চুনথোকপা ওম্নবা।

প্রেম: ইবেম্মা মতমসিগী পৈশাগী মঙ্গনসিদা.. ..... ...

রীতা: পৈশানা পঙথহনবা ঙমদবা মীওইসু চোংথোরকনিদা তামো। মতমগী রাতনি। পেন্নদবা য়াম্নদি লৈরবনি।

ইন্দ্র: ইচাগী রাফমসি চুম্মবনি। প্রেম নং ফরবসু-ফত্রবসু রেস-পোনসিবল অফিসার অমনি। খর খন্থবা তাই।

প্রেম: চুম্মী সার! ঐ পুম্নমক গ্যান তাজে। খুন্নাইসিগী নহারোল মরক্তা অচুম্বগীদমক কখোকপা ঙম্বা চোংথোরকখিনি। চপচানা থেংনবা ঙম্বা মীওই লাকখিনি। ঐসু খল্লি মুপামচা অমগী থৌদাং য়েংনিংই। অনৌবা ইতিহাস অমা শেম্নীংবগী রাশক লৈজে।

রীতা: পোকপা তারবদি অচুম্বগী মশক উৎনা অনৌবা মীংচং থম্বা হায়বসিবুদি তঙাইফদে। অদুবু ঐগী মোত্তদি ঐ-ঐগী শিনফমদা মতুমক ওইহনবা য়াই অসিনি।

ইন্দ্র: চুম্নবনি। থেংনখিবা তাবনি। ঐখোয়গী শক্তি লৈরি। অদুবু চেকশীন্দনবদি য়াদে—ফত্তবা শরৌদগী নাম্থোরক্কবা হোৎনবা হায়বসি অরাইবা নত্তে। অদুগী মথক্তা অমুক্কসু লমন খুম্নবা হোৎনবা তারিবনি।

প্রেম: তৌগে হায়রবদি অয়াবা লৈ। ইন্দিরা গান্ধি, ভারতকী প্রাইম মিনিষ্টরনি অদুবু পেল্লক্ত্রবদি মতৌ করম্না হাংখিবা ঐখোয় খঙই। থম্মোয়নবু য়োনা শোক্রবা অমসুং তৌরগে হায়না লেপ্পবদা ঙমদবা করিগীনো? সেকুরিতি পর্সোনেল-শিংনা অচুম্ববু চপচানা মশক খঙনা থৌনাগা লোয়ননা শীজ-ন্নরবদি খরদি চুমথোকপা য়াগনি।

ইন্দ্র: রাফম অদুমক ইপাদসু করি করিগুম্বদা খল্লগুবা নত্তে। অদুবু শিনফম অসিদা লৈরিবা পুম্নমক অসিদা মিৎয়েং অমা লাকদ্রা হায়বগী খন্থদুনা খাঙলবনি। তানজা অদুসু লাকপা য়াই—ফরে রারিদা চাক ঈশিংগী রা নিংশিংদ্রে নচিন নৌপবা চাক ঈশিং চানবা তৌরসি।

প্রেম: সার চাক্তি চাজররোই।

রীতাঃ ঐস্ত য়ায়া অচিনবা থবক ময়াম অমা লৈহৌরি। পাবুংদা রাফম থর হায়জনিংবা অতুগা ফাইল থরস্তু পাবুংদগী মরী-মখোঙ খঙজনীংদুনা।

ইন্দ্রঃ ঐ ভাব তাই। ঐ হয়েং মত্রগা হংচিং শোয়দনা লাক্কনি। মাঙখিবা ফাইলশিংদুগী ফোতোষ্টেদ কোপি পুন্নমক লৈ। চিংনবা কয়া হান্নদগী লৈখ্রবনি অদুনা থৌরাং পুন্নমক ইপানা চেকশীন্না হোৎনহৌবনি। ইম্ফালদা লোইনা তা-নরসি।

প্রেমঃ অদুদি পাবুং—

ইন্দ্রঃ ব্রাঁদা চা গ্লাস অমত্তস্তু থকনিনদ্রে। গারিদি য়াঙরীদনা

রীতাঃ য়াঙজরি। অফিসিয়েল দিউটি ওইনা লৌরগা লাকচবনি। অফিসিয়েল ওইবশিংদুদি হান্না লোইশিনজরে। মপুং অসিমদি কনাস্তু খঙদে।

ইন্দ্রঃ ভেরি গুদ! ইচাগী হৈশিংবা কয়া লেমজনিঙাইনি। ফরে অদুদি চৎলো ইপা থিন্দোক্কে।

প্রেমঃ সার য়াজরনি।

রীতাঃ পাবুং য়াজরনি পোত্থানীহৌরো!

ইন্দ্রঃ চৎলো চৎলো। (অনীমক চংখি) কয়াদা চনখ্রবাঃ মচিন নৌপরাগী মরী, অদুবু মাগী মাগী শিনফমদদি চপচানা মতৌং লৈবা ঙাক্কনি। ঙসিগী মণিপুরনা মখোয়গুম্বা মীওই তঙাইফদ্রবনি।

(চঙখি)

—( Short Interlude Music )-

# নিপালশুবা উৎপা

মফমঃ— তোমচাগী য়ুম

মতমঃ— অয়ুক

মওংঃ— ঙসিগী অনৌ অনৌবা পাম্বা, অনৌবা মন্ত্রীগী চপ চাবা সঙ্গলেগী মওং। তোমচা খাদিগী ফিজোল তুপীনচিংবা শেং চায়। থবক অমা চংকদবগী মওংদা য়াম্না থবায় নুংঙাইদনা।

তোমচাঃ সনা! সনা জাউবাও লাইরে হবো!

সনা ঃ (থোরকই) করি তাকপীগদবা খুরাইবুংঙো?

তোমচাঃ ঙসিগী টুরসিবু নখোয় য়াওগদৌরিবা নত্রাও?

সনা ঃ চৎনবগী থৌরাং লোইজরবনি। দেবানসু বাকান্দদগী লুপা লাখ অমনিদা ওইরসু লৌরুনবা চৎখিবনি। য়ারিখৈ শেলদি খরয়াম পায়শীনখিবনা ফগদ্রা থনজরিবা।

তোমচ ঃ মতুবুদি চুম্নবনিনে। অতুবু য়াম্নদি চেকশীনবা তাবনিকো! সরকারসু সিঃ এমঃ না দিল্লিদগী হেক হল্লকপগা কায়রা নত্রগা মন্ত্রি খর শিন্দোক-শিনজিন তৌবরা অমদি শোয়দ্রবনি।

সনা ঃ মন্ত্রি শিন্দোক-শিনজিন রিসক্রিগী বাফমসিদি পোলিটিকেল সার্কলদা হন্দক্তি য়াম তোয়না ঙাংনরবা রাফমনি।

তোমচাঃ ফজনা লৈরবনি। শিন্দোকপদা ঐহাক য়াওদনবা সিঃ এমঃদা লাখ কুন্দি মতেং পাংথ্রবনি। হৌজিকপু মন্ত্রিকা ওইদনা লৈবা য়ারিবা মতাংলাও! মন্ত্রি ওইদবদা, সেকুরিতি ময়ামসি লৈতবদা শিবা-চঙবা খঙদ্রিবনি।

সনা : মন্ত্রিদি তোকপা শুকয়া য়াপোৎ নত্রিদা খুরাইবুংঙো।

তোমচাঃ অতুনবু দেবান নবাম্নিনা শেলদি খর কন্না খোমজিনবা তাই। মন্ত্রি ফম লেংদনা হায়বসি লুপানি।

সনা : পৈশাগীদি হন্দক্কী মোরে তুরসিদা লাখ ফনয়াম্বগী কারবার লোয়নরগনি। খুরাইবুংঙো মফম চাবদা তুর তল্লনা শেম্বীবা ঐখোয় য়াওজনা, মীয়াম মনাংদা খুরাইবুংঙোগী য়েংথংবা পাম্বোমনি হায়বসি চপচানা থাজহনবীবা, থা—অমদা লাখ কয়ানো নচা তানজগে!

( তানজাসিদা বীনা থোরকুনা )

বীনাঃ পাবুং মীনা ডাংনরিবসে অরায়বা নত্তেকো! তমফাসনাগী মীহাৎ; মতুদা চেন্নরিবা ঐখোয় তামো অতুগা তামো সনাজাউ-বগী কেশ মীয়ামনদি হৈফোং ফোংনা খঙনৈ। পাবু, মহৎ তাদ্রবদি লাথোকপা রাগনি।

সনা : মীনা ডাংনবতুদি অতুক ডাংনজবা হায়তুনিদা, খিঙ লুরিবা নাখোং-শাগদবা হায়বনু মথংগী এসেম্ব্লি মীফমদা ওপোজিসন মেম্বরশিংতুনা চপচানা প্রুখৎনবা মরী লৈনবা দোকুমেণ্টশিং পায়শীনখ্রে হায়বাসিনি।

তোমচাঃ ঐনা মন্ত্রি ওইবা, কলিংগীদ ননা ওপোজিসন মেম্বর থরগী মন্নুংদসু লুপা লাখ লাখ পীহনা থেম্না, মখোয়না হায়রকপা মীওই খর থবক হাপ্পীনবা শানবা কয়াসিনা নমশীন্দুনা থম্লক-লিবনি। এসঃ পিঃ ইন্দ্রজিৎসু ট্রান্সফারদি তৌরেদনা, মতাং-চাবা য়েংঙিবনি করম্না অরোইবা ওইনা মচীন থুপচিনখিবা য়াগদগে হায়বতু।

সনা ঃ তানজা কংলবদি মাস্থু কুইদবা য়ারেদা, ঐনা লুপা লাখ কয়া থোরাং তোত্বনা মরিল লৈবা মীওই থুংপু অমা শেমগংনবা হোংনরিবনি ।

বীনাঃ তা-সনাজাউবা পৈশা ভাক্তনা য়ারক্লবা মতাং লাক্নি । ঙসিদি তামো প্রেমগী মচনমুপী রীতা আঃ পিঃ এসঃ অফিসার ওইনা ইম্ফালদা লৈরে । তামো প্রেমস্থু সেন্ত্রেল সিঃ আইঃ দিঃ ইন্সপেক্তরনি । অতুগী মথক্তা অচুম্বা পামজবা কয়াস্থু লৈরিবনি । ঐদি তামোখোয়গী সক্সেনসে কয়া য়ানিংদেকো ।

তোমচাঃ মুপীমচা ইপা লোইনা ভাব তাই । কাউন্তর পার্টি থরদা মখোয় পুম্নমক্কী মচৌন থুপচিনখিবা ইপানা শেম-শাবা লোইরবনি । নোংমদি শোয়দনা মায়পাক্কনি ।

বীনাঃ পাবুং মতুন অফবা ফোল পুরকপা ঙম্মোই ।

তোমচাঃ ইপানা শীনবা, হোংনবা অমত্তা ঙসিফাওবা মায়থীরক্তি ।
ভোট কারি, মন্ত্রি ওইরি, নোংমা মসিদস্থু চিফ মিনিষ্টর ওইগনি ।

সনা ঃ লুপা পৈশাগী দায়ি নং তামো দেবানগা ঐখোয় অনিনা লৌরি । ক্রোর কয়ানো ৱাংপা লৈরোই বীনা ।

বীনাঃ পৈশাগী যুগ কুইদবনিকো, লুপা পৈশানা পওকান কাল্লর চওইকো তা-সনাজাউবা !

তোমচাঃ পৈশা নত্তনা উপাই লৈতে মুপীমচা, য়েংউ নখোয় নহা-রোলনা কন্না হায়রম্বা সোসিয়েলিজম হৌজিক লোইরে সোবি-য়েট ইয়ুনিয়ন অমেরিকাগী পৈশাগী লাংদা লেঙবা য়াদ্রে, সোসিয়েলিজম থুপচিনখ্রে । পৈশা মীরায়বা য়াদে সনাজাউবা

সনা ঃ কদাইদগী থুরাইবুংঙো পৈশা লৈতবদা ঐখোয় হিংদ্রে ।

বীনাঃ পাবুংনা ঐখোয় তামো অতুগা তা-সনাজাউবদা মথৌ শাং-জিন্দুনা মৈরাম্বীনা মৈদা চোংশিনবদৌনা পংচোংদা চোং-শীনহনবসিদি পাবুংস্থু খুদোংথিবা নংলক্কনি । মখোয়নস্থু পাবুংবু শীংনরকপা তানজা লাক্কনি ।

তোমচাঃ ইপানা শীল্লিবসি নংগীসু য়াওরিবনিনে নুপীমচা ! ঐনা মথৌ শঙলিবসে মথোয়গীসুনি। নীপা থোক্কবনি। মাঙনবা নত্তে। নুংঙাইমিন্নবনি। নং তা সনাগীসু পাংবা য়াবা পাংলেদনা কোলেজলোমদগীসু অনৌবা এপোইনমেণ্ট থোকএ মহুগী শেন-য়াম লাখ ময়ামহু মাগীসু কান্নহল্লে। থবক হাপ্প খুদিংগী মাগী কমিসন, চংলিবা কারবার খুদিংগী শেন্দোং চপচানা পীরি। ইচাদ ইচা ওইনা নখোয় অহুমমক্কী তুংগী য়াইফনবা শীল্লি। ক্ষৌজিক ফন নীংথীজনা পৈশিল্লেনা !

বীনাঃ শেনবুদি পৈশিল্লে হায়রবু মিংচাত্তি লোইরেদনা, খবর কয়াদা পাবুংগী শেনজা থুমজং, অবোনবা কারবার, মীহাৎ মীপুন লোইরে।

তোমচাঃ ইনিংথৈ ইজসনু। পাবুংগীসু ফজ-ফজনা ইদুনা শাং-শাংনা শেংদোকপা খবর থেংনরিবহুনি। লুপা লিশীং অমনা খবর মচা তরা পীক পীকথয়া ইহনবা য়ারিবনি। সরকার মহুগী হাংলবু ঐগী মীচংদা এমঃ এলঃ এঃ খরদি খোঙ কোল্লুনা লৈরি। সিঃ এনানা ঐবু মাপ্প হেক লোথোক্কবা তোংনরকপদা সরকার থুগাইনবা শক্তি নপাগী লৈ ফন হায়জরবসু ওপোজিসন এমঃ এলঃ এঃ অয়াম্বা রানোম্বা লাকপদা তায়জরবা ঙাকনি। কান্নদে মপাম্থোংদা লাউশিন্নরিবনি। মা ম গী মী থবক হাপ্পমদাইদদি তাইবুংঙো, থুরাইবুংঙো য়েংউ হায়েং এসেম্প্লিদা ঐবু হেক শানরকপদা তৌগে থীনা পাংলা হায়গে !

সনাঃ হায়দৌনি থুরাইবুংঙো মহুদনা রকৈ মগেঃ শেল লৌগে মহায়না, অদুগা মপাম্থোংদনা রাজাগ ঙাংগে হায়রদি কনান য়ানিগে ! য়াকম থোক্তে।

তোমচাঃ সেণ্টরগী হায়কমান্দ নেতাশিংতুনি। লাখ য়ামথ্রপোংনি মখোয় অমুক অমুক লাকপদা পীরিবা ঐগী লনাই ওইনসু য়ামথ্রেনা পীবা, অদুনবু ঐবু কাউন্সিলবনি লুনা থল্লীবনি, হেক থোরক্কপগা ঐ উমগে হায়রীবনি, কেন্দ্রগী ওবজাভরশিংনা ভেরি গুদ হায়বসি ইথগুনিনে। সিঃ এমঃ ফাঙবা মতাংতুদদি ঐতোন্দা নোনজ্জারিবনি।

বীনাঃ পাবুং আশা চাউমল্লীকো৹ নোংমদি ঐখোয়স্থ মীচম ওইরক্কনি৹ মতুংগীস্থ খন্থবা চুম্মী ।

তোমচাঃ মীওইবা খুদিংমক লোইনা শিগদবা ডাক্তনি কনাস্থ ওমোর নত্তে । হায়নবদাইনে মেন ইজ মোর্তেল৹ ইপা কাউদে আই নেভর ফোরগেট—

(রীতা য়ুনিফোর্মদা চঙলকই—তোমচাদা খুরুম্মী)

মুপীমচা রীতা করিগীনো ইথা থাজদনা৹ ইচানা লাকখিদবসি কুইরেনে !

রীতাঃ পাবুং ঐ চুম্না ইচে বীনা উন্নবা লাকচবনি ।

বীনাঃ নথন্থরাও অতৈ—

রীতাঃ গেস্তা গাড়িদা লোইনা লৈহল্লক্নে ।

তোমচাঃ অদুনি ইপাদি সিং এমং গা লোয়ননা টুর প্রোগ্রাম অমা লৈরে নচেগা ৱারি শান্নরো৹ সনাজাউবা থেংনখ্রনি । ড্রাইভর কদাইদা লৈখ্রে৹ গনমেননা কদাই, সেকুরিতিগা থোরাং লৈরব্রাও ?

সনা ঃ পুন্নমক লোইনা থোরাং লৈজরে ।

তোমচাঃ লাকও লাকও সন জাউবা গাড়ি পুংখ্রসি লেনা লক্পা গাড়ি অমত্তুদা লাকঅসন্থ ।

সনা ঃ ফনি খুরাইবুংঙো । রীতা লোহৌগোনকো—

রীতাঃ পাবুং লেংবারো । (তোমচা, সনাজাউবা চংখি)

বীনাঃ করিগীনো রীতা করি ৱারিনো ?

রীতাঃ মী অতৈ—!

বীনাঃ হৌজিক কনামক্তা লৈত্রে, ইনেস্থ লাক্লি ।

রীতাঃ তমফাসনা তাংগগী কেশ অসি লায়রোই, তামো দেবান অমস্তুং সনাজাউবা নাস্তোকপা য়ারোইদৌরি ।

বীনাঃ অশেংবনি রীতা ঐখোয় পাবুংস্থ ঐখোয় তামোস্থ অদুগা তাসনাজাউবগী খনবদা ৱারবনি ।

রীতাঃ অদুবু কুইনা লোংশীনবা য়ারোইদৌরি ।

বীনাঃ পুথোকপা তাবনিনে ।

রীতাঃ ঐখোয়না লায়থোক্লবদি হাওসতা কন্না পুখৎনদুনা পুলিস দিপার্টমেন্টকী মথক ফাওবা চার্জ তৌরক্কদৌরি । অদুনা ঐখোয়স্থ থবকসি খর কন্না চখনীংলে ।

বীনাঃ ঐখোয় তামো, পাবুংখোয়গী সজেসন, প্লান থরদি লৈ হায়না খল্লী।

রীতাঃ করম্বা প্লান—

বীনাঃ চপচাবদি ঐ খঙদ্রে। হন্দক্কী মখোয়গী টুর প্রোগ্রাম অসিগী মতুংদদি শোয়দনা খঙলগনি। হাকথেংনবা মীহাৎপদি—

রীতাঃ কনানো ?

বীনাঃ সনাজাউবনি।

রীতাঃ থোইনশিন্দি পাবুং অমসুং তামো দেবানগীনি (বীনা তুমিন লৈ) সিবু চুমদ্রনে ?

বীনাঃ মানি (দেবান হরাওলা চঙলকই রীতা উবদা)

দেবানঃ রীতা করি থবক্কীনো মতাং চাদনা ?

রীতাঃ মতাং চাখিদ্রবা থবক অমগী হায়বত্নি তামো !

দেবানঃ মন্ত্রে পাবু খোয় মন্ত্রিশিংনকা ট্রান্সফরকা তৌবীরব্রা হায়বা ?

রীতাঃ মতুংগী নচ্ছদে। তামোখোয় নোনা নোনা ঐবু করি য়েক্লবা ওইত্রনা ট্রান্সফর থাগাগদৌরিবনো ?

দেবানঃ হোয়নে; মতুমনক তৌরকখদি তামো হেক্তা তৌগে হায়বনিমা।

রীতাঃ নচ্ছদে তামো !

দেবানঃ মতুদি করিগীনো মরমতু হায়য়ুত্রনা। (বীনাদা) ইদেম্মা বীনা চাকা অমত্তা থক্ক্লবরাও তৌরিসিবু—

বীনাঃ ইহে রীতা ঐ শঙ্গোন শেমকে—

রীতাঃ য়ারে কৈদৌরগে, রারী শান্নরিসিনা হেন্না নুংশই !

বীনাঃ থকখিসিসে ভাইখো ! (চঙখি)

দেবানঃ ইচন্দি অচৌবা পুলিস অফিসার ওইগ্রবনিনা ইরাক লাকখিদ্রে ! নবুং ঐখোয়কাসি কাউখ্রে হায়বা—

রীতাঃ নহাননখৈ অফিসার ওইদ্রিঙৈদদি তামোবু নিংবু নীংশীং-সুদ্রবনি অত্তুবু অফিসার ওইরবা মতুংসিদদি তামোগীদমক থনবদা অহিংফাওবা তুম্না য়াদ্রে।

দেবানঃ (হরাঙ্গনা) অচুম্বিদনা মচল লৈজবা হায়বসে। রীতা ইচনগীদমক ইবুং লৈরি। রীতা ঐদি তশেংনমক নংসে পুন্সিগী ওইনা খনজরিবনি।

রীতাঃ তামো বাখল অচু অরানবনি। মাম্না লুরবা রাফম অমা তামোগা ইচে বীনাগা পুন্নগা তাননীংবনি।

দেবানঃ ঐখোয় বীনাগী দরকার লৈতে। নং-ঐগী......

(বীনা শঙ্গোম পুত্না থোরকই)

দেবানঃ বীনা চাননদি ?

রীতাঃ য়ারেদা ইচে বীনা তামোগা ঐখোয় অহল রারীড়ম শাসি, ঐস্থ কুইনা লৈথোকপা য়াদে। দিয়ুতসি ওস্তোরা টাইদ ওইখ্রবনি।

বীনাঃ ভসাইগী রাফমচু—?

রীতাঃ মানি।

বীনাঃ তামো তমফাসনা মাহাংকা মতাংদনি।

দেবানঃ (খড়জীন্নদবা মওং) তমফাসনাগী কেশ কৈদোরনা ?

রীতাঃ লাক্কদোরিবা এসেমব্লি মীফমদা বন্না পুখৎলদোর। ঐখোয়স্থ চপচাবা রিপোর্ট পীদনা য়াদ্রে। মচুগীদমক ঐনা।

দেবানঃ এসেমব্লিগী রাদি কেশু লৈত্রে রীতা, নুপীমচা অহাং অমা শিবদা এসেমব্লি য়োনচুনা লৈবাক রাথোক ওইহনবগী সরকার করিস্থ লৈতে। অয়াম্বা মন্ত্রি, এমঃ এলঃ এঃনস্থ মচু পামদে।

রীতাঃ মসি এমঃ এলঃ এঃ, মন্ত্রিগী রা ভাক্তা নত্তে। আইনগী রানি। নুপীমচা অচু মরাল লৈজদনীনি অচুগা নাবু পোকপা অতুস্থ পুলিস অফিসারনি, এসঃ পিঃ নি।

দেবানঃ এসঃ পিঃ সাহেবকী রাখল করিনো ? মাদি মিয়র সার্ভেন্টনি, পৈশা পীরগা, প্রোমোসন কাহল্লগা তুমিন্না লৈজখিগনি। হৌজিকস্থ মাদি করিস্থ হায়দ্রেনা। য়াদ-রাড়গা সসপেন্দ, দিসমিস, টর্মিনেট—

বীনাঃ মতুম্মা হায়বীগনু তামো. মাগীদি মচানি. মচাগী মতাংদা পৈশা. ধমকা অমত্তনা খক য়ারোই, মতুদি মী নত্রবা মীথিরোং খরতদা য়াবগী ৱানি ।

দেবানঃ হোয়নে অতুবু করি উপাই লৈরি ? শিত্রে, হৌজিকপু নুংশি হায়তুনা হিংগৎহনবা য়ারিব্রাও ? মীহাৎপা কনানো খঙদে । ভাবনা শাতুনা পঙহায় হায়বনি । মতুনা ঙইবা য়াবস্থ নত্তে ।

বীনাঃ তামো !

দেবানঃ ঐখোয়দা হেন্দ হেনজিল্লক্লগা অরোইবা য়েংনবা তারেদনা !

বীনাঃ তামোনা হায়রিসিবু করিনো ?

দেবানঃ ঐনা হায়রীবাসি শেংলবনি । দেবানদি শীংনরক্রবদি লেম্না খক থাদে ।

রীতাঃ তামো বাফমসি ঈংনা খল্লমিল্লবা চুনস্ত !

দেবানঃ মীহাৎ-মীপুন্নগী রাফম ঈনা খক খন্নবা য়ারোই রীতা—

বীনাঃ তুংগীস্থ খব য়েংঙু তামো !

দেবানঃ তুংগীদমক্কি ঐনা হায়রিবসি । তুংগীদনক্কি ঐনা শাল্লিবসি । দেবান নাইথীরক্কি । মাইথীনস্থ য়ারোই । মায়থীহনবস্থ ঙম্মোই ।

রীতাঃ ফরে তামো ঐ হনজখ্রগে মতমসি য়ারক্রু ।

দেবানঃ রীতা দেবানবু লায়না লোগনু ।

বীনাঃ ঐ থিন্দোক্কে রীতা ( থোকমিন্নখি )

দেবানঃ অং রীতা অসি য়াম্না খুদোংথীবা ওইরক্কদোর । হান্নগী ঐগা শরো শীন্নখিবা পুলিস অফিসারশিং চেন্নরকপা তাগে । মখোয়গা তানরগা অখুবা মতমদা রীতাবু লোইশিনদবা য়াদে । কৈ দেবানগী প্লান মায়থীহনবা ঙম্মা কনানো য়েংসি—

( চঙখি )

—( Short Interlude Music )—

# মাপনগুবা উৎপা

মফম:— লম্বী লম্বাং

মতম:— অয়ুক্কী পুং তরারোম

মওং:— য়াম্না থেক খোইনা চৎপা ইম্ফালগী লম্বী অমা। সনাজাউবা অমসুং তোম্বা বারি শানদুনা লাকই।

সনাজাউবা: তোম্বা স্রুক কুইবদি কদাইদা লৈরুই ? উদবা কুইরে হায়বনি।

তোম্বা: ভাই মতম খর মীরৈপাক হায় ভারে নাগাল্যান্দা শৈদা-দুনা পৈশা তাল্লুবনি।

সনা: অদুবু নংবু ডাগ্রাগ ঐখোয়দা নরা নপাউ অমগুম্ব খংহ-ল্লমদনা ইশিংদা লৈতুম থাবগুম চুপ !

তোম্বা: কদাইদগী খঙহনবা য়াদোরিবনো মীগী রানোমশেল লুপা কোকথোং অমা লোইশিনখ্রে, খুরাইবুংঙো তোমালম্ব উদ্র পদ্র তৌদুনা মীগী লুপা অদুক য়ামদু হনবীদ্রে। পৈশা হনঙমদদনা শিবা তারবনিনে, শিবা কিবদগী লোৎলুরিবনিনে।

সনা: হৌজিক্কি শিদ্রেদনা ?

তোম্বা: শিদ্রে। য়াম শাউরম্বশিংদুম্ব কুইশল্লকঅসিদা খর শাফরে। সনাজাউবা মীগী শেলগা হাৎপসি তৌহৈদজাংনিকো বায়বো !

সনা: হেরা হৌজিক কৈগু বাররোইসে।

তোম্বা: নঙ নংবু কমদোরিবগে হায়মি ?

সনা ঃ ঐদি নুংঙাইরে হায়তাইয়ে। মীনা তারগদি ফজদ্রবরা পৈশা তানবসিদি য়াম লায়বা থবক ওইরম্মে। নংগী লুপা খরছদি কৈশু লৈত্তেসে হোৎনসি। খুরাইবুংডো তোমচা মন্ত্রিনিদনা, মন্ত্রিসু হলাগী নত্তে, মাগা ভিন্নবদৈনি ঐনা মী ওইরিবসি। নংগীসু হোৎনসি।

তোম্বাঃ হায়রিসিবু খুরাইবুংডো তোমচাহুবু মন্ত্রি ওইবদৈ মীগী মিনুং-শিকা খঙলবজাৎলাও?

সনা ঃ মিনুংশিগী ৱা সোরদো, কান্নদে ঐখোয়গী কান্নরগা লোয়রে, তোম্বা ভাই অচৌ-অশাং খনবসিদি অর্থ কয়া থোক্লা লৈকো। অর্থ খঙনা ভিন্নবদৈ ঐ য়ুম মথোল অহুম শাবা লোইরে। ইথুগী লুপা লাখ খর পায়জরে।

তোম্বাঃ ভাইমক্লা লাখ লাখকী মপু ওইরবা। হায়দি মপু খনবনা লাখ পায়রদি মপুহুনক্তি—?

সনা ঃ মতুদি লোইরেনা পৈরে। অহুগা ভাই তোম্বা শেল পায়গে শেল তানগে হায়রদি শিবা-কিবা য়াদে, ইকাইবা চোপ্পা থিবা য়াদে। পৈশা তানগে হায়রগবু করিগী চাংনুংদনো, চীংনুং-মানুংদা পৈশা লৈরমদ্রে, মীয়াম মী তিননা সহর ময়োন্দনিনে পৈশাদি।

তোম্বাঃ মতুমদি চুম্মী, ঐসু নাগালেনগী সহরদা লুপা খরদি তাল্লকই।

সনা ঃ ইন্দকসু লাইবক ফরদি লাখ খরদি ঙসি হয়েংসিদা শং তানবা য়ারি। কান্নদে অচৌ অশাং খনবা থাদোকনু।

তোম্বাঃ ফরে ভাই নতুং ইনবা তারে।

সনা ঃ ঐনা দেবান মপামচা লোয়নরিবা মওংসি য়েংউ, নোংনিনি তুংইল্লগা পারা ফানবা হোৎনৌ! শিবা কিবা য়াদে ঙক য়োল্লগা সেনাপতি ফংঙি হায়বা লৈবনি। থৱায় য়োল্লগা শেল ফংগদৌরিবনি। মপা মচানা ঐবু খুংলাই ওইনা শীজিন্নে ঐনসু মপা মচাবু এঃ কেঃ ফিপ্তিসিক্স অমগুম লোয়নরিবান। কাপথোকখিবদা শোয়বা নাইদবা কাপ্পগী লোইবা লৈতবা।

তোম্বাঃ অস মন্ত্রিনা একেঃ ফিপভ্তিসিক্স ঙেইখৎলকঅদি ভাই মৈতৈ লৈবাক্তি মাঙবা তারেবো। পুক্নমকসি পৈশাগী হাকন্নি। পৈশাদা লোইরে।

সনাঃ ঐদি গ্যান তাবা কুইরেনা। ঐখোয় লৈবাক্তি পৈশাদা ঙাঙ্গপসিদি থাক ফন্ন বাংলে।

তোম্বাঃ পৃথিবীদা খ্বাইদৈ হেন্নদবোইবু নিংঙে, নাগালেনস্থ অস্তক শার্থাহৌদে পৈশাদাদি। পৈশা য়াওদনা হিংবা অমা য়াদ্রে। পৈশানা ঙমদবা অমা লৈদ্রে। অফবা মী, মীয়ামগী অশেংবা সেবা কৈশু লৈতে, শিরগা লোইরে। ইরাবত কমদোই। হাৎখি। মীহাৎপা খঙই। কৈশু তৌবা ঙমদে।

সনাঃ মীয়াম্না লোইনা খঙই। খঙন খঙন, উনা-উনা পৈশানা কুপশিনবদা কৈশু তৌবা ঙমদে। উশিন্নদে খঙজিন্নদে। অতুবু লুদি লুরিজাৎনিকো।

তোম্বাঃ ফন লুতুনস্থ মামা ইরাবোৎকী অতুগা মুপীমচা তমফাসনগী চেনবা য়াররোইদনা থৌদোকশংঙুবু ঙাস কদাইদনো?

সনাঃ পৈশা তিংবা য়ামখৈ নিংঙবনিকো। তান চান্দ্রাদ মীহাৎপগী নিলাম ওকপস্থ খঙদ্রে।

তোম্বাঃ করিনোনে মীহাৎপগীবু নিলাম ওকপা য়াব্রনে!

সনাঃ মতুগী মরম য়াম লৈ। মীহাৎপা লোৎপা য়ারোই, নাথৈ বগী ব্বাতনি।

তোম্বাঃ মণিপুরগী ইরাং য়েংবা তাই, ঐখোয় ভাবোক ওইবা তাইদনা।

সনাঃ য়েংবা তৈরবা, অর্থ খুনবা হৈরবা ঙসিগী ভাবোকস্থ দাখিনা চাউ-চাউনা কানরে। ঙসিদি লবুক্ত, চীংমুংদৈ পৈশা তান্নদ্রে, লম্বী লমজাও, সহর ময়োন্দগী তান্নরবনে।

তোম্বাঃ ভাই সনাজাউবা নংগী পাখোং ময়ামসি ভাব তাবা ঙমদ্রি নতুংইন্দুনা কুম্মে য়েংনা তারি।

সনাঃ মন্নংগী য়াম্না কুপ্পদি পাক হেক খঙহনবা য়ারদো, মন্নদি আ—ফিজঙ নরুমদা—!

তোম্বাঃ অসু মতম থর থাদোক্লকবসিদা সনাজাউবা ভায় নংদি গুরু ওল্লম্মেহৈ। ঐ নতুং ইমজরে। হয়েংদগী নফমদা অমুক হন্না দিক্ষা লৌজরগে। মরে ঙসিদি ঐ থবক অমত্তা য়ৌশা-ল্লখিগে কায়নল্লসি।

সনাঃ য়াই য়েরো, ঐনা হায়খিবশিংহুদা কাউবু। পৈশা পায়গে হায়রবদি শিবা কিবা য়াদে।

তোম্বাঃ ঐ য়াজরে। ( চংখি )

সনাঃ ইন্দক্কী তমফাসনাগী মীহুাংকী মতাংসিদা ঐগী ফিভম অমা তানবা মন্তিক্লহৌবা তাই ( চংখি )

( প্রেম, বীনা বারি শাহুনা থোরকই )।

প্রেমঃ বীনা ইন্দক্কী মপোক্তদি নং-ঐগী পুন্সিসি চান্ন চিন্ননা লেন-মিন্নবা হায়বহু শুইথোক্কদবা মাল্রে।

বীনাঃ মরমদি ?

প্রেমঃ নংনা খঙদবা অচৌবা পল্ল অমা নং ঐগী মরক্তা লৈ।

বীনাঃ মরমহু ঐঙোন্দা তাকপীবা য়ারোইদ্রাও ?

প্রেমঃ য়াই। য়াদবা থক লৈতে। অহু বীনা নং ঐগীদমক কদাই-ফাওবদি কথোকপা ঙমগনি ?

বীনাঃ থরায় অসি থাদোকপা ফাওবা।

প্রেমঃ শিবনা মুংশিবগী পন্থ ললে ?

বীনাঃ হোয় মহুনদি অরোইবদি নত্তে হায়নিংই।

প্রেমঃ মহুনি, শিবা ঙাক্তনা নত্তে। অহুবু বীনা ঐ নঙোন্দা চাংয়েং অমদি পান্মী।

বীনাঃ থম্বনা থোইবীবু মুংশি চাংয়েংলুবদগী পুন্সি লোমখি।

প্রেমঃ মহুনা থায়নঙৈগী বানি, কুনশুবা চহীচাসিদদি মুংশি চাংয়েং অসি থবক্তা উৎনব তাই।

বীনাঃ মীওইবগী পুন্সিদা ঙম্বা থৌদোক ওইরবদি ঐম্ব হুপীমচানি।

প্রেমঃ হোয় চাওখৎলবা য়ুকসিদা মীওইবনা ঙমদবা লৈত্রে।

বীনাঃ মীওইবনা ঙম্বহুদি ঐস্তু ঙমফম থোকই।

প্রেমঃ বীনা পৃথিবীদা খাইদগী হেন্না নুংশিজবসি কনানো ?

বীনাঃ মুপী ওইবীশিংগীদি মহাক্কী মপুরোইবতবুনি ।

প্রেমঃ মতুংগী চাংয়েংদা নহাক কদাইফাওবা মায়পাক্লী মার্ক লৌবা-ঙমগনি ?

বীনাঃ মতুংদি থবক ওইনা উৎলগদা খঙবীগনি ।

প্রেমঃ থবক্কুমক !

বীনাঃ ঐগীদি লেপচরবনি ।

প্রেমঃ করে অতুদি নাকল অমদা ঐহাক অতুগা নাকল অমদনা নখোয়গী তামো অমসুং পাবুং অকনবা ঈশ্বরগী লীৎপা য়াদ্রবা শিন্থা অমনা নল্লরে অচৌবা দন্দি পীররে হায়না খল্লো ।

বীনাঃ মথা তাবিয়ু—

প্রেমঃ নংগী নথুৎমক্লা ঐখোয় অহুমগী মনুংদা অমা হাত্তবা য়াদ্রে হায়না নল্লরবদা কনানো নংনা হাৎকদবা ?

বীনঃ বাফম অদুবু—!

প্রেমঃ মসিমক্তি নত্তরবদি নংগী নীংবা থুংগদবা লৈতে অসিনি । যুগ অসিগী বাহংনি, শিন্থানি, পাউথুম পীগদৌরিবনি ।

বীনাঃ মতুংদি বারিনি পুন্সিদা পানগদবা নত্তে ।

প্রেমঃ বারি নত্তে, নং ঐগী পুন্সিদা তশেংনা তারবনি । তমফাসনাগী মীহাত্তা নং তামো দেবান চেন্নৈ, ঐগী পাবুংগী মীশিদা নংগী পাবুং য়াওরি, ঐ মচা অমা ওইনা লমন খুম্নাংই, মপা অমা ওইনা পাবুং ইন্দ্রজিৎ লমন শিংনিংই, মীওইবা অমা ওইনা অতুগা ঐগী শিনফমনা মতুংসু চপচানা মতেং পাংনিংই ।

বীনাঃ মতুংদি মশা মশাগী ফংফম থোক্লবা দন্দিনি হৈ-শিংবগী মতম থরদং থৈদোক-থৈজিন তৌজবনি ।

প্রেমঃ মতাংসিদনি, নংনা কদাইফাওবা ঐগীদমক তেংবাংবা ঙমগ-দগে বাহংসিনি ?

বীনাঃ পাম্বীরিবা পাউথুংবু করিনো ?

প্রেমঃ মখোয়গী মথক্তা থুং থাবা তাই ।

বীনাঃ মতুদি লৈবাক্কী আইনগী মখা পোল্লি। আইম্না মাগী মাগী মতিকচাবা চৈরাক পীগনি।

প্রেমঃ মতুনা নখোয়লোমগী মীওইশিংগী ৱানি। লৈবাক অসিদা ঙসিদি আইন ঙাক্তনা য়ারক্তরে।

বীনাঃ য়াহুনবা তাই, আইন লৈত্রবা লৈবাক অফবা খক ওইরোই। তমফাসনা হাৎপা ঐখোয় তামো অমসুং তামো সনাজাউবা মখোয়নননি। মতম অহুদা ঐহাক মপান্দা লৈরুরবসু ঙসিদি লোয়না খঙও।

প্রেমঃ ঐখোয়গী পাবুং হাৎপসু নখোয়গী পাবুংননি।

বীনাঃ মতুমক্তি লানগনি। পাবুং হাৎখিবা মীশকশিং ইফোং ফোংনা লৈরি।

প্রেমঃ মখোয়তুদি থবক পাংথোকপদনি। মাষ্টর ব্রেন নখোয় পাবুংনি, মহাক্কী খুজিল থৌরাংল্লি।

বীনঃ হোয় রাজনীতিগী মীহাৎনি হায়রিবনিনা মতমমতুদা ভোট লেপমিন্নখিবা পাবুং চেননবা খোপচিনবদি য়াই অতুব— তশেংনা হাকথেংননা খুৎ থারিবা মীওইশিং ফংলবনিনা চপচাবা ফংফম থোকপতুদি মখোয়না ফংবা তাই।

প্রেমঃ নখোয়গী আইনগী চৎনবীনা ঐবু মায়থীহন্নবা হোৎনবদি য়াই অতুবু ঐদি মায় লৈতুনা চেন্নবা হোৎনরোই, অপঙবা খুৎনেক য়ারুবশিং অতুদা নত্তে দন্দি পীনিংলিবা, মী হাৎনবা শীল্লিবা থৌবুরেন অতুদনি।

বীনাঃ মতুদি চত্থরকপা বিচারগী মখা পোনবা তারেদনা!

প্রেমঃ ঐগী ফিরেপসিদা নহাক্কী করম্না খোঙফম? ৱাহংসিগী পাউখুমদা লৈরে।

বীনাঃ ঐগীদি হায়জখ্রবতুনি নুপী ওইবীগীদি মপুরোইবনা অরোইবনি।

প্রেমঃ অরোইবা মপুরোইবতু 'ঐ' ওইদবা তারবদি?

বীনাঃ মতুদি ঐদি শুকখন খনজদে।

প্রেমঃ বীনা!

বীনাঃ তশেংবনি।

প্রেমঃ বীনা— ( বীনাগী মখুৎ চেৎনা পায়শীল্লি )

—( Short Interlude Music )—

## তরাশুবা উৎপা

মফমঃ— তোমচাগী কা

মতমঃ— অয়ুক

মওংঃ— মতমসিগী মন্ত্রিগী-কাগী লৈতেংনি
তোমচা, সনাজাউবা ৱারি শানরম্মী

তোমচাঃ সনাজাউবা ! নংনা কদাইদা অমুক চৎলুরিবা ।

সনা ঃ তাকপীয়ু খুরাইবুংঙো ।

তোমচাঃ হন্দক্কীসিদি লায়রোইদৌরিকো !

সনা ঃ পুম্নমক ভাব তাজরে ।

তোমচাঃ দেবান নখোয় অনিগী মখাতাবা থোরাং করি লৈরি !

সনা ঃ অরোইবা থাদুনা য়েংবা তারে খুরাইবুংঙো ।

তোমচাঃ অরোইবা হায়দুবু করিনো হায়বা ।

সনা ঃ দেবানগীদি এসঃ পিঃ ইন্দ্রজিৎ লোইশিনবনি—
(মতাংসিদা দেবান চংলকই)

তোমচাঃ মতৌ করম্না ?

দেবানঃ খুদোংচাবা হেক ফংবগা লোইশিনবা.........

সনা ঃ নাগা কুকি অনিগী কনশীল্লক্লিবা ঈরাং মরকসিদা খুদোংচাবা তানজা অমদি শেমগৎপা য়াগনি ।

তোমচাঃ খুদোংচাবা হায়রিদুবু করম্নো হায়বনি ?

সনা ঃ খংনরিবা অনিসি লাকশীন্নবা, অমুক হন্না চান্নচিন্ন পুরক্কবা এসঃ পিঃ মশামক চৌংগী থুঙ্গং কয়াদা চং-চক্ললা মীতিংন-চিংবা তোয়না তোয়না পাঙথোক্লি। মহুগী তানজা অমা লৌরগা কাংবু অমদা মতীকচাবা, মখোয়না অপান্বা শেনফম পীরগা শীনবা য়াগনি।

দেবানঃ মহুগী প্লান লোইরে। ইকুই কুইদনা থোক্লগনি।

তোমচাঃ মথংগী তাং ২৩ দা ফমগদৌরিবা এসেমব্লি অসিদা কনফিদেন্সকী ভোট অসি মায়থীরবদি মথা তারকপা ফোলহু হেক্তা লুগদৌরিবনি।

দেবানঃ মহুনা মায়থীরবস্তু ঐখোয়গীদি শোয়দনবা থৌরাং লৈরে।

সনা ঃ থৌরাংসিনা ফেল ওইবা তারবদি ..........।

তোমচাঃ করে, মমাংগী য়ারীহুনা কমদৌবা ?

দেবানঃ লুপা লাখ তরাদি খরচ তৌবা তারে, মীশক চপচাবা লৈরে পাবুং।

তোমচাঃ কনানোনে মীশঙ্গুবো থাজবা য়াবা মীরা হায়বা ?

দেবানঃ মানি।

সনাঃ খুরাইবুংঙো লাখ তরাহু ঐঙোন্দা শীন্ননীয়্ ঐবু ফাহনবীয়্। অহুগা তৌবতদি হুয়েং জেন্দগী অথুবা মতমদা বেল লৌবী-নবদি শীনবীয়্। ঐ তমফাসনা হাৎপগী ফংফম থোকপা দন্দিহু ইশানা য়ানা পুজগে। ঐবু শেঙ্গীরকপা খুরাইবুংঙো অমদি দেবানগী ইজৎ পুম্নমক কনজগে।

তোমচাঃ ( পেল্লহুনা ) সনা, সনাজাউবা ( অমুক নুংঙাইতনা ) অহুদা নংগী ইমাগা বাবাগনদি করিনি খনগনি ;

সনা ঃ মহুগী করিস্নু চিংননীস্নু। ( বীনা চঙলকই )

বীনাঃ তাসনাজাউবা মপান্দ তাসনজাউববু উনবা মী লাকই।

তোমচাঃ লৈতে হায়স্নুদনা।

বীনাঃ লৈ হায়বা খঙঙ্গবনি। নহারোল ঙাক্লনি।

দেবানঃ নহানগী অঙাংশিংহু ওইরিনি।

সনা : খুরাইবুংঙো করিস্থ চিংনবীস্থ (থোকখি)
বীনাঃ পাবুংখোয় তামোখোয়গী মঙংসি অরাইবা নত্তে। পুন্নমক মায়থীনবগী থৌশীল ঙাক্তনিকো ! রেকোর্দ পুন্নমক আইঃপিঃ এসঃ রীতাগী খুত্তা পায়রবনি ।
তোমচাঃ অরোইবী খুং থানবা তারেদনা। হায়জবা পৈশাদা য়াগ্রবদি চপচানা শীংনহুনা য়েংনবা তারেদনা—
দেবানঃ হৌজিক লুপা লাখ তরাহু সনাজাউবদা হেক্তা শিন্নবা। মাবু ফাহনবা। বিচার চথবা' মখাতাবা থৌরাং কয়া লৌখৎনবগী তানজাহু ফংলনি—
তোমচাঃ হৌজিক আইঃ পিঃ এসঃ রীতা। সেন্ত্রেল সিঃ আইঃ দিঃ ইন্সপেক্তর প্রেম মখোয় অনিস্থ য়েংনবা তারেদনা—
দেবানঃ মখোয়স্থ পংকুই কুইররোই পাবুং। থৌরাং লৈরবনি ।
তোমচাঃ ঙসিদি মী হাৎপসি লায়না থোক্লবনি। মীহাৎপা থীবা লুরবনি, থবক পাঙথোক্লবদি খুদোংথীবা খোঙফমদগী নাথোক্লব লম্বীদি ফজনা শীনবা তাই ।
বীনাঃ পাবুং করিগুম্বা তানজাদগী তাসনাজাউবস্থ হেন্না খুদোংথীবগী ফিভমদা লাকপা তারবদি ঐখোয় তামো। পাবুং ঐখোয় পুন্নমক লীৎপা য়ারকওই ।
তোমচাঃ মহুনীদি সনাজ উবা মশামা য়ানা থৌদাং লৌরিবনি মহাক্না তাল্লিবা লুপা লাখ তরা পীগনি, বেলদা শৎকনি, বীচার চথবদা চপচানা মায়োক্লহুনা মাবু কন্নবা হোৎনগনি । মরাল জবান শোয়জরগনা মাঙজবা তারেদনা অহুদি !
বীনাঃ অমনা পাবুং হুন্না হুন্না মী হাৎপা অফবা ফোল ওইরোই । রীতা। তামো প্রেম। অহুগা এসঃ পিঃ ইন্দ্রজিৎ লোইশিনবা অরাইবা ওইরোই ।
দেবানঃ বীনা নংনা খঙলোই, মহু ঐগী থৌরাংনি। লায়খ্রবা—
বীনাঃ তামো, হুন্না হুন্না ক্রু ইম কয়া কমিট তৌবা চুমদে ।
দেবানঃ (শাওরকই) অহুদি নং ঐবু জেল শীগে হায়রিব্রাও ?
বীনাঃ মহুগী রাফম নচ্চদে, মখোয়গী মরাল লৈতে হায়জবনি ।
তোমচাঃ মরাল লৈব-লৈতবা থিবগী মতম নত্রে হৌজিক । ইপাগীদি ঐখোয় শোক্লকপা তারবদি শোক্তি-ঙৈদা মাঙহনবা মসিনি ।

সরকারসু তম্বা ঙমন্ত্রি দিল্লিদা চংখিবা সিঃ এমঃ হেক হল্লকপগা খোকপা অমা তৌরবা য়ারি। কান্নদে শীনবা য়াবা থবক শীনহৌবা, তানবা য়াবা পৈশা তালহৌবা, তুংগীদমক লম্বী শেম্বা য়েরুবা য়েরুরক্কদবা ঙম্মক লৌইশিনবা।

দেবানঃ পুম্নমক ভাব তাজরে।

বীনাঃ হয়েংনে মন্ত্রি তোকঅগা কৈশু লৈত্তবা চৌক্রি তেবল, গালিচা ফিদাফাওবা ময়ুমদা হোন্থনবা মন্ত্রিগী শাক্তন্তুদি তৌগুম-সিকো তামো।

দেবানঃ হেরা গালিচাদ নত্তে, লেত্রিনগী কুমুদফাওবা য়ারদি ফক্তনা পুদৌনি।

তোমচাঃ ফরে ফরে। নং তামো ইবাম্নি থবক চংকদবা লৈ। দেবান লাকও লাকও থেঙখ্রনি।

দেবানঃ পাবুং (চংমিন্নখি)

বীনাঃ (মথন্নতা) ওন্থোকপা ইবুং, ওন্থোকপা ইপানিদকো। মতম পুম্নমক্তা পৈশা, মী হাংপা, ফত্তবগী ফত্তবা রাখল থৌরাং ঙাক্তা, মসিনি মন্ত্রি, লৈবাক্কী মপু!

(ইমুংদা চংগে তৌবদা প্রেম চংলকই)

প্রেমঃ বীনা নখোয় পাবুংগা' তামোগাদ?

বীনাঃ হৌজিক্তা চংখোকমিন্নখ্রে।

প্রেমঃ ওহঃ ফরে ঐ কোন্না লাকঅগে (চংকে তৌই)

বীনাঃ য়াম্না অথুবাও, ঙহাক্তসু পোখাবা য়াররোইদ্রাও?

প্রেমঃ উন্ননীংবদুদি—

বীনাঃ সোফাসিদা ফম্বীয়ু, ঐসু উন্ননীংদুনা লৈরম্বনি।

প্রেমঃ মরমদি?

বীনাঃ তামোনা অচুম্বগীদমক চপচানা লেপ্পীরি। ঐসু মতম অমদা অরানবগী মাইকৈদা লৈজরুরে অদুবু অচুম্বদুদি পামজবনি,

প্রেমঃ রাফমদুগীদি হায়না লোইনা ঙাঙনখ্রেনা—

বীনাঃ তামো ঐখোয় পাবুংগী মরাল লৈ, অদুবু অমুক্তং চুমথোক্তনা অফবা লম্বীদদি পুরক্লিংই। মসিদা তামোগী নত্তেং—

প্রেমঃ মচা অমা ওইনা ফনা লাল্লবসু মমা মপাবু কল্লীংবা হায়বসি হৌনশানি। থম্মোয়ষ্কুগীদমক থ'গৎচরি।

বীনাঃ তামো হায়জরিবসি থম্মোয়গী অশেংবা রাকফি, মুংশিবগী মফমদা মুংশিবীগনি থম্না হায়জবনি। অদুগা অমনা ঐনা তামোবু মুংশিজরিবা অসিদি..... ... ..

প্রেমঃ রাকমদুনা অমনি বীনা—

বীনাঃ নত্তে, অমত্তনি। পাঙ্গল কল্লি নুপানি অদুবু মুংশিবগী পাঙ্গলদি ঐগীসু হায়নীংঙাই লৈত্তনা কল্লী, ঙসিদি অদুগুম্না কল্লবা মুশি লিপুন অদুনা পুনশিনজবা তারে।

প্রেমঃ ঐনা নংবু থাদোক্লগনি হায়থবরনে বীনা!

বীন: হায়খিদ্রি!

প্রেমঃ অদুদি—

বীনাঃ হেন্না চেৎনা পুনশিঞ্জগদৌরিবা!

প্রেমঃ অদুবু তানজা ফংলে হায়দুনা হেন্না ওইজবা চানবসিসু
( মতাংসিদা তোম্বা চংলকই )

তোম্বাঃ তানজা হায়বসিসু লুারবনিকো প্রেম—

প্রেমঃ ( নোক্লগা ) তা'তোম্বা, মনাঙৈগী তা'তোম্বসু ওহাবদন।—

বীনাঃ তা'তোম্বা থাজদনা ঙসিদি--!

তোম্বাঃ থাজদবা মপাল শাৎলে, ঐসে কাঙলম চেনবদা কাঙক্রুম চাবা হায়দুনি।

প্রেমঃ মফম থঙদনা, তানজা য়েংদনা য়ৈথরকপা কাঙজৈরোইনা পাঙ্গল চনবসু লৈ।

বীনাঃ ফম্বীয়ু তা'তোম্বা মতমকুইনা উনরুদ্রে—

তোম্বাঃ নাগালেন্দা কাঙক্রুমনা পান্দুনা লায়েংবদা মতম থরসু চংথোকত্রে।

বীনাঃ মণিপুরগী য়েংবীনবা দাক্তর লৈত্রনে হায়রিসিনো?

তোম্বাঃ মণিপুরগী দাক্তরশিংসি করপসন তৌমনবা অর্তুনা ইবুংঙোখোয় গুম্বসিদি লায়েংবা ঙমপোং নত্রেদা—

প্রেমঃ হায়রীসিবু নাগালেন্দনা থর ফবা'জাৎলনে তা'তোম্বা?

তোম্বাঃ ফগত্রা খন্দুনা চৎলুবনি অতুবু হেন্নতুম ফৎলমত্রদনা কহা-মাঙ খুজাইকায়দা হল্লকইসিনি। করিনো নাগালেন্দা তৌ-নরিসি নাগা-কুকি, পাইতে, গাংতে, মার, জৌ ভেং-ভাংগ্যান মাঙই হাৎনরিবা। মণিপুরগীদি নোংমৈনবু হাৎনরি, মখোয়গীদি থাঙনা, থাঙপাক্লা উ-রী ককপদোনা চোপ-চোপ য়ান্দুনা হাৎপজাৎনি। অঙাংথৈনা ইমুংদা হোইজিল্লগা য়ুম মৈ থাহুনা ফুমল্লো লৌরগা হাৎপা—

বীনাঃ অশেংব্রনে তাতোম্বা ?

তোম্বাঃ খবরদা ইনরিহুদি খরদনি, ঐদি ইমিৎমক্লা ইমাঙমক্তদা শংশং উরক্রবনি। মখোয় মশেল হাৎনবদা খুন্তাক লানশিনরবা খুন কয়া য়াওরবনি। মমৈদদি মৈত্রবাক য়ৌরকপা শোয়দ্রবনি।

প্রেমঃ তাতোম্বনা হায়রিসিবু লানসি পাকথোকহন্নীংবৈ রারাও ?

তোম্বাঃ ল'ন হায়ববু মীনুংশি অমত্তা য়াওনদ্রে, শা-যন, শন্দং ইরোই ককপগা অন্ধানি মী-মঙক ককপদা সেমি ফাইনেল য়ৌনরে—

বীনাঃ অতুদি ফাইনেল অমুক লাকখিবা তারিনে হায়রিসিনদি !

তোম্বাঃ হো হো মতু শোয়দ্রবনি। নাগালেন্দে কুপ্পা হুদি তৌরক-অবনি। ঐনা সুম খন্নদা ফাইনেলসি মৈতৈগা নাগাগা তাবসু খঙদ্রি।

প্রেমঃ ফন নুংঙাই তাতোম্বগী এসেসমেন্ট অসিবু।

তোম্বাঃ ঐখোয়গীসু নহারোল মশেল সেমী ফাইনেল তথৎনরিদনা।

বীনাঃ তাতোম্বে রাসি চুমগদবা মাল্লি।

প্রেমঃ মরমদি ?

বীনাঃ মরম হায়বু হন্দক নাগালেন্দ এসেমব্লিদা নাগা তাবা লম মথৈ পুনশিন্নবা রারেপ লৌখ্রে, মণিপুরগী নাগা তাবা লমশিং ক্লেম তৌবা তাবনি। মসি হরাও হরাও, য়ানরবদি থৈ নত্রবদি শোয়দ্রেদনা।

তোম্বাঃ অদুগা মৈতৈমচাগীদি খুৎলাইসি রাৎলি, নাগালেন্দগীদি য়ুমথোং খুদিংগী, মী খুদিংগী নোংমৈ পায় হায়বা য়াই। সরকারনা পী।

প্রেমঃ য়ারে তাতোম্বা পুক্নিং লৌশিং ওইমিন্নবা য়াবা য়াফগনি।

তোম্বাঃ খংদে নাগাল্যেন্দ কিদুনা চেল্লকপনি। অদুবু মণিপুরদস্তু অচৌবা দশা অমা লৈরম্মে, মপান থোক্পক'ও কিনবে।

বীনাঃ কৈদৌরবা ?

তোম্বাঃ সরকারগী সিকাইনা মীতৈমচা কযাম হাংথি, মীতৈগীদি মমলস্তু হোংডি।

বীনঃ তাতোম্বা মীতৈমচানা মমল হোংডবা ?

তোম্বাঃ হোংডবা হায়বু মীতৈ অমা শিবদা সরকারনা লুপা লিশীং অহমদগী মঙাফাওদংদৈ হেন্দে। মণিপুব বন্দ তৌদে। ময়াং মচাম্না শিবদনা লীশীং যাদৈ, লাখ অমা, মণিপুর বন্দ। সুম পাবদা মীতৈমচা কুরাগা মযা মচা অমগা ময়াং মচানা মমল হেল্লি। সিদবু মীতৈ মচাগী মমল হেংদে হায়গদ্রাও।

বীনাঃ মতম খবদং নাগালেন্দা লৈরুবসিদি ফজ ফজরবা গ্য ন লৌশিং য়াম তানশীল্লকএ—

তোম্বাঃ অদুনি মীসিদি মপাল থোকঅ থোকঅগা শিংই হাযনবিদুনি।

প্রেমঃ চুম্মীবনি তাতোম্বা ! ফবে ঐদি য়াম কুইরে খব হাল্লমগে !

তোম্বাঃ এসিদি ঐসি মতাং চাদনা খোংবা কাক হায়বদু তাবে। অদুবু শাইরোং চাদ্রিবসি লাইবক ফবনি।

প্রেমঃ তাতোম্বসিমা ওল্লোক ওল্লোকপা।

তোম্বাঃ হুং-হুং ঐদি মরম লৈজদে ঐ চংচবে-- ( চংখি )

প্রেমঃ তাতোম্বা।

বীনাঃ তাতোম্বা

( মঙাংসিদা য়াম্না নক্রা য়াম্না হৌবা বোম অমগী মখোল তারকই )

তোম্বাঃ ( চেনশিনবকতুনা ) শাবা কিদুনা নাগাল্যেন্দগী ইম্ফাল তমনা লাকচবনি মফম মরাং খঙদনা সিফাইগী গুলনা পানবা তারব্র ?

প্রেমঃ তাতোম্বা পাখংকন্নু করিস্তু তৌরোই।

বীনাঃ মরাল লৈজদ্রবা তাতোম্বা বোম্না পাল্লোইদা।

তোম্বাঃ ঙসিগী মণিপুরদি মরাল লৈত লৈতবা থল্লগা কাপ্পনা হাং-
নরিবনি মতুদনি ঐনা কিজরিবা—

প্রেমঃ মরাল লৈতবা মী পংহাৎ হাৎপা য়াত্র ?

বীনাঃ তাতোম্বগীদমক ঐথোয় খ্বাই লৈরি।

তোম্বাঃ মরাল য়াওজদ্রবা ওতো ড্রাইভর কয়া পরেং লেংলগা, হন্দকত্তা
হাৎপীথ্রিবদুনি নথোয় অনিনা ঐবু যৌবন পুন্সিদং নাথৈবীয়ু

বীনাঃ লুরবা লালক্তা যৌবনগী ইতিহাস নিশিংবিরিব্রা ?

প্রেমঃ তাতোম্বা নং শিখিন্নু, নংগী নহুত্তা ঐ শিজগে নপাউ তাবদা
খোইরাংই—

তোম্বাঃ ঙসি অসিদি মন্ত্রিগী সঙ্গাইদা লেকচবা তারে হয়েং ইনুং ঙাল্লগা
ঐগী চরা শিংজগে লাইর থাংপোকশং হননিংদ্রে—

বীনাঃ ঙসিগীদমক তামো দেবানগী কাদা ঙ্গংঙাইনা পোখাবীরো
চংলসি, তামো প্রেম পাখৎচাওবা তাতোম্বা চনিং তানা
পোথাবা ফাওবদং পনবীরো লাকও চংলকও।
( মথং মথং চংগে তোই ) পুন্নমক য়িফদা লেপই )
( মতাংসিদা অহানবা শরুক্কী লীনা পোথাজরে )

## —)লোয়রবা(—



৵

## ★ অইবগী খুৎইদা লৈজরিবশিং ঃ— (লীলা)

১। পোকমীন্নদবা
২। নুপী লোনবা
৩। কাযনবা
৪। শখংদবা
৫। থওইদবগী পীরাং
৬। ইতৈমা থিবা
৭। মৌ হল্লকপী
৮। মৌ অনৌবী
৯। চীং-তম
১০। এমঃ এলঃ এঃ
১১। মন্ত্রি
১২। ঐতগী ইন্নালনি
১৩। ৱাশক
১৪। তার্ব্বান ৱাংমা
১৫। ঙসিগী সংসার
১৬। অরোইবা শাক্তি
১৭। য়োংকী খুজি অনিশুবা শরুক
১৮। ৱানতেত (অনিশুবা শরুক)
১৯। ইচাগী মরাল করিনো
২০। ঙসিগী মনিপুর (অনিশুবা শরুক

## ★ উপন্যাস ঃ—

১। নংনা ঐবু মাংহল্লগেন্না
২। যুখল মকমদা
৩। ফোংদোক্কবা নুংশিবা
৪। কাবনার

## ★ ন্নারীমচা চবুল ঃ—

১। বদনাম
২। বাথোক

## ★ শৈরেং চবুল ঃ—

১। নাচোম
২। নোম-নোম শগাইতোং
৩। শাবী লাও-লাও
৪। মালীনী
৫। লৈকোল

## ★ মথংদা পুথোক্কদবা লাইরিকশিং ঃ—

১। কারবার
২। ৱাকচীংগী নোং
৪। মৈরীক্কগী মৈজাও

## শশীকুমারগী ফোংলবা লাইরিকশিংঃ

### শুমাং লীলা ঃ

১। চীংগী ঈচল ১৯৯০
২। কৈদোঙৈ লাক্কনি তামোচা ১৯৯২
৩। জর্জ সাহেব ১৯৯৫
৪। ঙসিগী মনিপুর (অহানবা শরুক) ১৯৯৫

### উপন্যাস ঃ

১। মেরী ১৯৭৫
২। অমুক্তা উম্নসি ১৯৭৬

### শৈরেং ঃ

১। ইম্ফাল সহর ১৯৭৫

### ফোংদ্রিবা শান্নখ্রবা লীলাশিং ঃ

১ য়েক মুংশিনবা ১৯৬২
২ বসন্ত রানী ১৯৬৩
৩ পৈশাগী ছুনিয়া ১৯৬৬
৪ স্বর্গগী গুলাপ (সেকেণ্ড বেষ্ট প্লে ১৯৮৬)
৫ অহিংতুগী পাউখুম (সেকেণ্ড বেষ্ট স্ক্রীপ ১৯৮৬)
৬ শকমান্নবী ১৯৮৬।
৭ চীংগী ঈচল (বেষ্ট প্লে ১৯৮৭)
৮ তমগী ইবুং (সেকেণ্ড বেষ্ট প্লে ১৯৮৭)
৯ ওল্লাংথাগী লৈপাকলৈ ১৯৮৭
১০ বানতেট ১৯৮৭ (ফেমিলি প্লে)
১১ থবাইগী তেংথাখোল (সেকেণ্ড বেষ্ট প্লে ১৯৮৯)
১২ কৈদোঙৈ লাক্কনি তামোচা (বেষ্ট লিরিক্স ১৯৮৯)
১৩ পীরাংলক্তা মোমোন। ১৯৯০
১৪ ইজ্জৎ ১৯৯০
১৫। য়োংকী খুজি (অহানবা শরুক) ১৯৯২
১৬। মুপীগী ইজ্জৎ ১৯৯২
১৭। তামোচা ১৯৯৩
১৮। বানতেট (এ সোসিয়েল প্লে ১৯৯৪)
১৯। বাকচীংগী নোং ১৯৯৪
২০। ঙসিগী মনিপুর (অহানবা শরুক) ১৯৯৫